

# এডল্ট এডুকেসন অমসুং থৌদারোইশিং

( A Guide Book )

"Mass illiteracy is India's
sin and shame must be liquidated"
M. K. Gandhi

নবচন্দ্র.

কোংজবী ঃ

শ্রীমতি টি, পিশক্ দেবী

মখুম ঃ

কে, এস, ঐইচ, রামেশ্বর সিংহ।

অহানবা ফোংবা

জুলাই ১, ১৯৮২




মমল ঃ

*Printed at :*

THE PARADISE PUBLISHING HOUSE, PAONA BAZAR.

IMPHAL.

## ACKNOWLEDGEMENT

I have gone through this small volume of book with a bearing of instructional policy and programme on Adult Education in manuscript written by Shri T. Nabachandra Singh, Supervisor, Project Office ( AE ), Imphal.

This book deals with motivation and the teaching technique which those working in the field of Adult Education have to translate into action with a missionary zeal.

Written in language that is clear simple and beautiful it provides clear guidance to those who would peruse it.

I wish Shri T. Nabachandra Singh all success.

*L. Ragui, B. A. B. Ed.*
*Jt. Director of Adult Education*
*Government of Manipur.*

*Imphal*
*the 26th April, '82*

# থাহে থবা

শ্রীতাওরেম নবচন্দ্র সিংহনা ইবা "এডল্ট এডুকেসন্ অমসুং থৌদারোইশিং" হায়বা লাইরিক অসি *Adult Education Programme* বু শমলপ্না মশক তাকপা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসি এডল্ট এডুকেসনগী থৌদারোই খুদিংনা পাবদা য়াম্না কান্নগনি নিংই। মরমদি থৌদারোই খুদিংনা খঙকম থোকপা *Adult Education Programme* গী মরু ওইবা মচাকশিং ( *Litracy, Functional Development and Social Awareness* ) তোঙাল তোঙান্না নৈনদুনা নিংথিনা তাকই।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা থাখল পরিং অসি *A. E. Centre* গী *Instructor* খুদিংগী পুক্নিংদা হাপচিনবা ঙমলবদি পায়খৎলিবা থৌরাং অসি মহে য়ালহন্নবা হোৎনবদা থোইদোক হেন্দোক্না কান্নগনি হায়নসু নিংই।

শ্রীতাওরেম নবচন্দ্র সিংহ মতুংদসু থৌরাং অসিদা আশা থম্মী।

*O. Yaima Singh.*
*B. A. (Hons.) M.A. B.T.*
*Asst. Director of Adult Education*
*Government of Manipur.*

*Imphal*
*the 27th April, '82*

# পাবিরিবশিংদা।

শোক্ ১৯৭৮ ওক্টোবরগী তারিক ২ দগী হৌনা লৈবাক শিন্‌থুংনা নেসনেল এডল্ট এডুকেসন প্রোগ্রাম হৌদোক্‌খি। মনিপুরদসু তোঙান্‌বা বিভাগ অমসু হাংদুনা থবক অসি চত্থরক্লি। অদুবু মফম মফমদা হাংদোক্লিবা সেন্টরশিং অসিগী ফিল্ড ৱার্করশিং অসিবু মতম অমত্তদা ট্রেনিং পীদুনা মখোযবু মপুঙ ফাবা মীওই অমা ওইহননবা শীনবীবা হায়বসি মতম থরা চঙবা তায়। অসিগুম্বা খুদোংচাদবা হিরম কয়াশিং অসি লৈবদগী ওঝা ওইরিবা মীওইশিংদা অমদি অতৈ থৌরাংদা থরাই য়াওবীবা মীওইশিংদা থরদা ওইরবসু মতেঙ ওইগদ্রা থন্‌বদগী লাইরিক্ মচা অসি পুথোক্‌চবনি।

লাইরিক অসি খুৎই ওইনা লৈরীঙৈদা নৈনবীদুনা শেমদোক্-শেমজিন্ তৌবিরকখিবা L. Ragui, Joint Director ( AE ), হৌজিক্লা Joint Director, Planning ওইবিরিবা, অমসুং O. Yaima Singh, Assistant Director ( AE ) মীওইশিংবু ঐনা পুন্সিগী ওইনা তৌবিমল্ থঙবা উৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসিনা নম্বা হৌরকপদা অচুম-অরান য়েংবীদুনা মতেং পীবিরম্বা শ্রীখোংবানতাবম্ তোলহল সিংহ অমদি ঐগী মরুপ কুমারী হৈগ্রুজম্ সরজুবালা দেবীবু, কাম্নরবা মত্ কয়া পীবিরকপগীদমক থাগৎচরি।

লোয়ননা, লাইরিক অসিবু হৌবদগী লোয়রবা ফাওবা মশাগী অচিনবা মতম কযাবু কাইথোকপীদুনা, মপুংফানবা হোৎনবীখিবা ঐগী মুংশিজরবা মরুপ শ্রীনোংমাইথেম ইবোহল্ সিংহ, এডল্ট এডুকেসনগী সুপরভাইজরবু পুন্সিগী শিংঙমদ্রবা লমন্ লঙশিনজরে। লোয়ননা লাইরিক অসি নম্বদা শ্রীচিঙ্গাংবম চাওবা সিংহনা মতেঙ পাংবিখিবগীদমক থাগৎচরি।

অরোইবা ওইনা লাইরিক অসিগী বনান্দা ৱাহৈ-ৱাতাদা অমদি হিরম কয়াদা অবান অহুই কয়া থেংনবীরবসু খুৎমাবনি থনবীরগা মতুংদা শেমদোকচনবা মত পীবিরকপ কয়াসু হরাওনা লৌজগনি।

নবচন্দ্র সিংহ

# লাইরিক অসিদা

অহানবা পন্দুপ।

# এডল্ট এডুকেসন অমস্নুং সমাজ।

★ "এডল্ট এডুকেসন ইজ এ চেলেঞ্জ"—অশেংবনি চহী ৩০ হেন্না ইবা-পাবা ওম্নদবগী লায়রনানা নাডুনা লাক্লবা অদুগা সমাজগী অমস্নুং শেন্-থুম্গী ফিভম্দা মতম্ শাংনা শোপ্তুনা লৈবক্লবা মীওইশিংদা ইবা-পাবা তম্বীবা, লোয়ননা মতম্-মতম্গী ওল্লক্লিবা জ্ঞান্ বিজ্ঞান্গী খোঙ্থাংগা চানহন্বা ওম্বগী থাক্তা পুখৎলক্পা হায়বসিমক্ অরায়বা থবক্ নত্তে; অমবোমদস্নু মখোয়বু শীঙ্নবা অমস্নুং লক্লবা ওইনা থোক্পা তাবনি। অসিগুম্বা ইমুং মনুঙগী লৈত-লায়রগী পোৎলুম্না মথং-মথং নন্দনা লৈখ্রবা মীওইশিং অসিদা তরাই-তবাইনা তম্বীগনি অমদি যুগ অসিগী মতীক্চারবা নাগরিক্কী থাক্তা পুখৎপা ঙমগনি হায়বসি চুম্না ইচম্ চম্না তাবদদি য়াম্না ফজরবা অদুগা থবক্ ওইনা পায়খৎপদদি নাতে চারোয়দবা মওং অমগুম্ থোক্কনি। অদুবু অওইবমক্তি মসি য়াম্না নীংথিজবা ওইথোকপা য়াবা অমস্নুং ইরৈপাক্ অমদি গণতন্ত্রন্ন হেন্না চেক্সিন্না ঙাকচবা ওম্নবগীদমক্ পায়খত্তবা য়াত্রবা থৌদাংনি।

---

★ প্রোগ্রাম্ অসিদা শীজীনন্নরিব 'এডল্ট' হায়বা মাহৈ অসি সাধারন্ মীয়াম্না লোনন্নিবা চহী মতাং অহু নত্তে। থৌরাং অসিদদি চহী ১৫দগী ৪৫ ফাওবা অমস্নুং মসিগী মথক্তা লৈবা মীওইতবু খঙনৈ।

ঐখোয়গী ক্ষৰরবা ভারতবর্ষ গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক্ অমা ওইরবনি। লৈবাক্ অসিদা লৈরিবা মীপুম্ খুদিংমক্ অধিকার চপ্ মান্নরবনি। মী অমগী অধিকার মী অমনা মাঙ্হন্বা ঙমদ্রবা লৈবাক্ অসিনা চাওখৎপগী খোঙ্জেন্দা অশুপ্ তপথনা লৈ-হৌরিবা করিগীনো: মসিগী মরমদি লাইরিক্ লাইশু হৈবগী চাং অসি অসুপ্কী মতীক্ নেমনা লৈখ্রে। গণতন্ত্রনা সমাজগী নাগরিক্শিংদা পীরিবা চাক্থুঙ্, থোদাং অমসুং অধিকার চাংচৎ অমদদি অথোই অহেন্ লৈতে। অদুবু মীপুম খুদিংমক্না চপ মান্নবা লৌবদি ঙমদে। খুদম্ ওইনা হায়রবদা লাইরিক্ লাইশু হৈরবা মীওইশিংনা ফংবা ঙম্বগী চাংগা হৈতবা মীওইশিংনা ফংবগী চাংগা য়াম্না খেন্নৈ! অমরোমদা মান্ননা ফংই হায়না লৌরবদসু মখোয়না ফংজরিবা মশামক্কী থোদাং অমসুং অধিকারদুবু লাই-রিক্ লাইশুদগী ফংবা অৱাংবা থাক্কী মতম্গা চুনবা জ্ঞান্ ৱাৎপদগী নীংথিনা শীজীন্নবা ঙমদবনা ফংদবগুম্বনি হায়না লৌবসু য়াই। মরম্ অসিনা গণতন্ত্রগী চপ-চাবা পান্দম্ অদু য়ৌবদা ৱানা থোকপা তাবনি।

ইং শোক্ ১৯৭১ গী মীকোক্ থীবগী মতুংইন্না পৃথিবীগী ওইনা লাইরিক্ হৈবগী চাং অসি নুপা-নুপী পুল্লগা চাদা ৩৪·২০, ভারতকীনা চাদা ২৯·৪৫ অদুগা মণিপুরগী ওইনা চাদা ৩২·৮০নি। অদুগা শোক্ ১৯৮১ গী মীকোক্ থীবগী ওইনা ভারতকী লাইরিক্ হৈবগী চাং অসি চাদা ৩৬·১৭ নি। মসিগী মনুংদা নুপানা চাদা ৪৬·৭৪ অদুগা নুপীনা চাদা ২৪·৮৮ নি। মণিপুরগী ওইনদি লাইরিক্ হৈবগী চাং অসি নুপাগীনা ৩,৮৫,১২৩ নি অমসুং নুপীগীনা ২,১৬,৮২০ নি। অপুনবা মশীংনা ১৪,৩৩,৬৯১ নি।

অদুনদি লাইরিক্ হৈতবা মীওইনা নমনা লৈরবা লৈবাক্ অসিন চাওখৎপা মুংঙাইবা য়াইফবা ওইগনি হায়বসিদি লাপ্না লৈখ্রবনি। মসি পূন্নমক অসি ভারত সরকারনা মুন্না খঙলদুনা লাইরিক্ হৈহৌদ্রবা মীওইশিং অসিবু সমাজসিদা মখোয়গী চাক্থুং করিনো ; সমাজ অসিদা মখোয়গী অধিকার করিনো অমসুং সমাজ অসিদা মখোয়গী থৌদাং করিনো হায়বা খঙনবা তাকনবগী অমদি শোথহৌরবা মীওইশিং অসিগী শেন্-থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবগী সরকারনা হোৎনরক্লিবা থৌরাংশিংগী মনুংদা "নেস্নেল এডল্ট এডুকেসন" প্রোগ্রাম্ (জাতিগী ওইবা চহী ৱায়শিল্লক্লবশিংবু লাইরিক্ তম্বীনবগী থৌরাং) অসিমু অমনি।

---

অনীশুবা পন্দুপ।

## এডল্ট এডুকেসন করিনো ঃ

চহী ১৫ দগী ৪৫ ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা লাইরিকী জ্ঞান্ নীংথিনা লৈহৌদ্রবা মীওইশিংবু ইবা-পাবা অমসুং অঙ্কগী জ্ঞান্ লৈহনবতা নত্তনা মুতিগী থেংনরিবা খুদোংথীবশিং, সমস্যাশিং, মী অমা ওইবদা চঙ্দবা য়াদ্রবা মচাক্, লৌশিং অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী শেন্-থ্মগী অৱাবশিং কোক্হন্নবগীদমক্ পীরিবা লৌশিং, জ্ঞান্ অদুবু শন্না অমদি শুপচিন্না এডল্ট এডুকেসন্ কৌবা য়াই।

এডল্ট এডুকেসন্ প্রোগ্রাম্ অসি স্কুল, কলেজ অমদি অতৈ মহৈগী লোইশঙ্শিংদা তম্লিবা মতম্বী অদুদগী থেম্নরবা অপুন্বা মহৈগী পোৎয়োম্ অমনি। মশানা মশাবু থাজহন্বতা নত্তনা মতেং পীবা অমসুং লম অদুগী ওইরিবা ফীভম্শিং অমসুং খুদোংথীবশিং অদু য়েংলগা চুনবা মওঙ্দা শেমদোক্নবা হোৎনবা হায়বসি থৌরাং অসিগী পান্দমনি। মসিনা চহী রাযশিল্লবশিংবু পুন্সীগী ওইনা মহৈ তম্বীবগা লোয়ননা মখোয়বু অফবা নাগরিক্ অমা ওইহন্দুনা অওনবা সমাজ অমা পুবরুবা হোৎনবা অসিনা থৌরাং অসিগী থাদোকপা য়াদ্রবা রাখলনি।

ঐথোয়গী ভারতদা থৌরাং অসি হীরম্ অনীদা মরু ওইনা পাঙথোক্ই। মদুদি,—(১) ইবা-পাবগী জ্ঞান্ লৈহন্বা অমসুং (২) মথা তানা লম্ লমদুগী লার্নরশিং অদুগী ফীভমগা চুনবা য়েং-লগা শিন্থা পীদুনা শেম্থোক্ লৈহন্বা অসিনি। ইবা-পাবগী জ্ঞান্ নীংথিনা লৈত্রিবা মীদা মপাম্থোংগী ওইবা জ্ঞান্ লৌশিং পী-শিন্বা তারবদি মদুনা হেন্না অফবা ফল পুরকপা ঙম্লোই। মরম অদুনা ইবা-পাবগী লৌশিং জ্ঞানশিং অসি হান্নন পীদুনা থঙহন্বা তাবনি। মসিনা মশা মশাগী মতেং পাংবদা অমদি অতৈ চাওখৎ থৌরম্ কয়াদা হেন্না খুৎলোয়বা ওইগনি। মতাং অসিদা মহৈ তম্বীবগী থৌদাং লৌগদৌরিবা মীওই অদুগী দায়িত্ব য়াম্না চাউই। মরম্ অসিনা প্রোগ্রাম অসিনা মথাদা পীরিবা মরু ওইবা মচাক্ অহুম্ অসি মমুৎ-তানা নৈনবা দরকার ওই।

(১) মীয়াম্বু ভাব তাহন্বা অমসুং হৈনীঙ্বা পোক্হনবা ( Social awareness )।

(২) শিনফম্দা চাওখৎহনবা ( Functional develop-ment )।

(৩) ইবা-পাবা অমসুং অঙ্কগী জ্ঞান্ লৈহন্বা ( Imparting literacy ) ।

মথক্তা পল্লিবা মচাক অহুম্ অসিবু নীংথিজনা খঙ্লবা অমদি মুন্না নৈনরবদি প্রোগ্রাম্ অসি পাঙ্থোকপা থোইনা অরুবা ওইরোই। ইচম্ চম্না ইবা পাবদমক্ তম্বীরবদি এডল্ট এড়ুকেসন্ প্রোগ্রাম্গী য়োগে তাল্লিবা পান্দম অদু য়োবা ঙম্লোই। লিটেরেসিনা মরুওইবা শরুক্ অমগী মচেৎ অমা ওইজরবসু মসিখক্তনা অহোবা অমা ওইহন্বদি লানগনি। করিগুম্বা মফম্ থম্লদদি সোসিয়েল এওয়ারনেসনা অহান্বগী ওইনা মরুওইনা পাঙ্থোক্পসু য়াওই। অতোপ্পা মফম্ অমদনা ফংসনেল্ ডিভেলবমেণ্টনা হেন্না কান্নবা ফঙ্হন্নবা হোৎনৈ। অদুবু তোংঙান তোংঙানবা মওংদা পাংথোকপা থেংনরবসু অনৌবা পান্দম অসিগী মতুংইন্নদি অহুম্মক্ চপ মান্নবা পাংথোকমিন্নবনা লার্নরশিংদা হেন্না কান্নবা পী হায়বসি খঙনরক্লে। ব্রিটিসনা পার্লিমেণ্টে মতমদদি ইবা পাবগী মওংদমক তম্লন্নবসু নীংতম্নবা মতুংদগীদি এডল্ট লিটেরেসি প্রোগ্রামদগী এডল্ট এড়ুকেসন প্রোগ্রাম্না মরীক্- চুম্না, নিয়ম্ নাইনা পাঙ্থোক্লবতদা গণতন্ত্রগী অশেংবা পান্দম্ অদু মপুং ফানা মায় পাক্না য়োবা ঙমগনি।

প্রোগ্রাম্ অসিবু মপুংফানা পাঙ্থোকে হাযববদি মরী লৈনবা ডিপার্টমেণ্ট মতোমতনা ঙম্লোই। মসিদা ভোলুণ্টরি ওর্গেনাইজেসন (লনাই সংস্থান, শিংগী অচৌবা দায়িত্ব লৈ। সরকারগী মরী লৈনবা লোয়শঙ অমসুং লনাই সংস্থানশিংনা খুৎশম্নবা চৎমিন্নরবতদা এডল্ট এড়ুকেসন প্রোগ্রাম্ মায়পাক্না অমসুং মপুংফানা পাঙ্থোকপা ঙমগনি। নেসনেল এডল্ট এড়ুকেসন প্রোগ্রাম্মনা

মুপী অমদি সমাজদা শোথনা লৈরবা মীওইশিংদা হেন্না খুদোং চাবা পীরী। ভারতকী মীশিংগী চাদা ৭০ রোমদি মতম কয়া লাইব্রিক হৈহৌদবগী নুংঙাইতবা ফংদুনা লাক্লবনি। লোয়ননা অতৈ মথল কয়াগী জ্ঞান্ ফংদ্রবা মীওই ঙাক্লি। মসিদা মথোয়গী পুক্নিং চিংশিন্বীদুনা, মথোয়গীদমক্তা হোংনবীবা হায়বসিমক্ থৌরাং অসিগী অচৌবা আশানি।

মতাং অসিদা মীয়াম্না এডল্ট এডুকেসন প্রোগ্রাম্বু মপুঙ ফানা শোগৎপীদুনা অচৌবা জাতিনা অশোন্বা অপীক্পা জাতিবু তুহৎপীবদগী হীরম্ কয়াদা শোথদুনা লৈরিবা অসি কন্ননবগী- দমক্ চোংথোকপীরক্তুনা থৌরাং অসিবু মতেং পীবিবা তঙায়- ফদ্রে।

এডল্ট এডুকেসনগী প্রোগ্রাম্ অসি মফম অমদগী মফম অমদা হোংদোক্ হোংজিন তৌদুনা পাঙ্থোক্পা য়াই। মসিদা তম্বীগদৌরিবা মীওই (লার্নর) অদুদি মুতিগী থেংনরিবা খুদোংথীবা অমদি থৌদোক্-ৰাথোক্ কয়াগা মরী লৈনবা ওইগদবনি। লোয়ননা মতম্ মতমগী থৌদোক্-ৰাথোক্ কয়াগী মতুং ইন্নমু হোংদোক্ হোংজিন, শেম্দোক্-শেম্জিন তৌবমু হেন্না কান্নবা পুরক্পা য়াই। লার্নরশিংগী অপাম্বগী মতুং ইন্নমু মরক মরক্তা ৰারী, লাইব্রিক্ ভ্রামানচিংবা য়াওহন্বীবা অসিমু মথোয়গী পুক্নিং থৌগৎনবগী মচাক্ অমা ওইহল্লি।

টান্জানিয়াগী প্রসিডেন্ট মিষ্টর নাইঅরিজগী মত্ মতুং- ইন্না এডল্ট এডুকেসনবু অমুন্না হায়:

★ "Adult Education is the key to the development of free men and free societies. Its function is to help men to think for themselves to make their own decisions and to execute those decisions for themselves."

মসিদগী ঐখোয়না থরমখৈ খঙ্লে মহুদি এডল্ট ইডুকেসননী হায়বা থৌরাং অসি ইচম্-চম্বা থৌরাং নত্তে মসিনা মীপুম্ খুদীংমক্কী পূন্সিদা কায়বা পীবা ঙমই। শোথহৌরবা কয়াগী শেন্থুমগী ফিভম ফগৎহনবদা, অকোয়বদা লৈরিবশিংগী ফিভম ফগৎহন্‌বদা অমসুং মী মীগী লৌশিং-জ্ঞান্ লৈহন্‌দুনা মপুঙ ফারবা মীওই অমা ওইহন্‌বদা মতেং পাংই। মসিদা মীওইবা সমাজবু, মরুওইনা শোথহৌববশিংবু শাগৎনবগী অমসুং হেন্না ফগৎহনবগী মচাক্ কয়ামরুম্ য়াওবি।

---

অহুমশুবা পন্দুপ।

# নেসনেল এডল্ট এডুকেসন প্রোগ্রাম

ভারত অসি চহী কয়ামুক ব্রিটিসশিংগী লোইলম্ ওইরুরে। মখোয়না ভারত মচাশিংবু নমথবা য়াবমখৈ নম্থদুনা থম্লুরে। জাতিগী মপা শরুবা গান্ধীজিগী লীচিং মথাদা ঐখোয় ভারত

---

★ হেণ্ডবুক ফোর এডল্ট এডুকেসন ইনষ্টক্টর : কোংবা –I A A.

মচানি, ঐখোয়গী লৈবাক্ ঐখোয়না ঙাক্চগনি হায়না অক্কলন্ তৌদুনা খুদোংথীবা কয়া থেংনরবা মতুংদা ইং শোক্ ১৯৪৭ তা ঐখোয় নীংতম্বা ফংলে। ঐখোয় ঙসিদি ইনাৈং-ইথা তম্লে; ইশাগী লৈবাক্ ইশানা ঙাক্চরে। নীংতম্বা ফংজরবস্থু অৱাবা কয়াদগী নাম্থোক্চরবস্থু ঐখোয়গী হরাওজনিঙাই মচাক্ অমদি অদুম্মক্ ইৱাং ৱাতুনা লৈরী। মতম্ অদুদা ভারত মচা অমত্তা লাইরিক্ লাইশু তম্বগী খুদোংচাবা ফংলম্দে; সরক্ কোলাস মথক্তা নীংতম্না চংহন্লম্দে, মকোক্ থোংবা অচৌবা ফম্ পায়হন্লম্দে, থবক্ শুফম্-নোম্ফম্ লৈহললম্দে, মতীক্ চাবা কল কারখানা অমা ফাওবা লিংহলমদে। ঐখোয়বু উকায় তক্কুনা শীজিন-নরই অমসুং কাল্লে ফুবগী কান্দ্রে কুবগী মওংদা থমলম্মী। মখোয়গা চান্নবা মখোয়বু য়ানবা চংপা হৈবা মীওই থরদং থবক থৌরম্ কয়াদা শীজিন্নবা য়ানবগীদমক্ ইচম চম্না ইবা-পাবতমক্ হৈহল্লই। অদুনা মরম ওইদুনা ঙসিদি ভারত মচা অয়াম্বা শুফম-চাফম্ থঙ্দনা লাইরিক্-লাইশু তমফম লৈতনা মমথ্রবা পীকৃথ্রবা কা মচা অমদা নমশিন্দুনা থম্বগুম্ বুদ্ধি লৌশিং ফক্চিন্দুনা চাওখ-পগী মঙাল ইফং ফংদনা লৈরক্লবনি। মসিগী ফলনা লায়রবনা নম্লবা, মহৈগী জ্ঞান্ ৱাংলবা, নৈহংপীরবা মীওইনা নম্লবা ভারত ওইররে। অৱাবা খুদোংথীবা কয়া অসিবু মরু ফংনা মাংহন্নবগী উপাইদি মীয়াম্বু জ্ঞান্ তাহনবা ইবা-পাবা হৈহনবা হায়বসিনি।

মমাংঙৈদা ব্লোকী থাক্তা থৌরাং অসি লৌখৎচরম্লবস্থু কান্নবা ইফং ফংখিদবনা মরম ওইদুনা হেন্না কান্নবা পুরক্লবগীদমক্ পান্দম্ অসি থরগা অমুক্ পাক্থোক্-চাউথোক্হল্লবা মতুংদা নৌহৌননা

ইং শোক ১৯৭৮, ওক্টোবরগী তাং ২ দা জাতিগী মপা মহাত্মা গান্ধীজীগী মপোক নুমিৎকী থোরমগা মরী-লৈননা লৈবাক্ শীনবা খুংনা অচেৎপা থাজবা অমগা লোয়নননা "নেসনেল এডল্ট এডুকেসন্ প্রোগ্রাম্" অসি হৌদোকখি।

"নেসনেল্ এডল্ট এডুকেসন্ প্রোগ্রামগী মরু ওইবা পান্দমদি সমাজদা নৈহৎ-তুহৎপিরবা, অতোনবা জাতিশিংবু মহৈ মশিংগী জ্ঞান্ পীবীদুনা অমসুং মখোয়বু নীং-খা তন্না, মাম্নবা থাক্তা থম্মীদুনা, মাম্নবা খুন্নাই অমা শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌহন্নবা হায়বসিনি। অতোনবা, অশোনবা লায়রবগী মরদি লাইরিক্ হৈত্রবনি। লাইরিক্ হৈত্রবনা মরম ওইদুনা লৈবাক্কী চাওখৎ থোরমা কয়াদা অমদি অরুবা তানুকমদা মখোয়গী মতু লৈতবা অসিনা অচৌবা অপনবা অমা ওইহল্লি। মখোয়বু মতীক্ চারা শিক্ষা পীদুনা নীংথিনা-ভাব তাহনদ্রবদি লায়রবা কাংবুনা হেন্না হেন্না লায়রবশিল্লকপা ইনাক্ খুনবা কাওবুনা অস্তুম্ অস্তুম্ ইনাক্ খুনলকপা "অতোওবদা লৈথোনবা অকুৎন্না লৈতৌরা" হায়বসিমক্ ওইদুনা লৈথিবা তাবনি। মরম অদুনা চপ্পা মাম্নবা চাওখৎমীন্নবগা লোয়নন্না চাংচৎ অমদা হিংমিন্নবদা অমসুং সমাজবাদিগী অয়োবা পান্দম্ অদু য়োহন্নবদা অমগা অমগা মতেং লৌনবা তওায় ফদবনি। মতাং অসিদা লনাই সংস্থানশিং অমসুং সরকারগী মরী লৈনবা বিভাগশিংনা নকশিন্না চৎমীন্নবা তাই। সরকার মতোম্তনা অশুপ চাউখৎবা থৌরাং অসিবু মপুঙফানা, মায়পাক্না পাঙথোকপা ঙমলোই অদুগা ওইননবা হোৎনরফাওবদসু অচৌবা অশোয়বা কয়া লাকপা য়াই হায়বসি মীয়ামগী মীফম কয়াদা ময়েক্ শেংনা নৈনখ্রবনি। মসিদা সরকারনসু অয়াবা কয়া পীখ্রবনি।

থৌরাং অসিনা চহী-চহীগী ওইনা কান্নবা পীগদৌরিবা কল্লাৎ অদু চহীগা কোন্ননা উৎলি ঃ—

| চহী | চহীগী ওইনা কান্নবা পীগদৌরিবশিং (মিলিয়ন) | অপুনবগী ওইনা কান্নবা পীগদৌরিবশিং (মিলিয়ন) |
|---|---|---|
| ১৯৭৮-৭৯ (শেমশাবা চহী) | ১.৫ | ১.৫ |
| ১৯৭৯-৮০ | ৪.৫ | ৬.০ |
| ১৯৮০-৮১ | ৯.০ | ১৫.০ |
| ১৯৮১-৮২ | ১৮.০ | ৩৩.০ |
| ১৯৮২-৮৩ | ৩২.০ | ৬৫.০ |
| ১৯৮৩-৮৪ | ৩৫.০ | ১০০.০ |

মথক্কী প্রোজেক্সন অসিদগী খঙ্বা ঙমলে মতুদি তেনথ্রবা চহী মঙা অসিগী মনুংদা মীওই মিলিয়ন ১০০ বু ইবা পাবা হৈহনগদৌরিবনি। মখোয়বু সমাজদা মীমান্নবা য়ানবা শেম্বীগদৌরিবনি। অশুপ লুখ্রবা তানফম অসিদা ঐখোয়না খঙ্জিনউশিন্নদনা তূমডুনা লৈথোকপা তারবদি লৈবাক্কী অমাঙ্বা ওইরকপদা নত্তনা ইশাগীসু অমাঙ্বা ওইরক্কনি।

মরীশুবা পন্দুপ।

# মমাংঙৈদা পায়খৎলমবা এডল্ট এডুকেসনগী শয়গ্রা বারম খরা।

লৈবাক্ অসিদা মীয়াম্না শকৎখণ্ডলবা মন্ত্রীমণ্ডল অমা শেম্ড্রিঙৈ ইং-শোক্ ১৯৩৭ কি মতুংদগী লৈবাক্ অসিগী মফম তম্নাম্বদা এডল্ট এডুকেসনগী থৌরাং লৌখৎখি। মসিমক্না অহান্‌বা হৌদোবক্‌পা অমা ওইজরবস্থ ইবা-পাবা তম্বীবনা পুন্সিগী ওইবা শিক্ষা ( এডুকেসন্ ফোর লাইফ ) হায়বগী মওংদা অচেৎপা মীৎয়েং থমলম্মী। হারম্ অসিদা লনাই সংস্থান খরা নত্তনা থৌরাং অসি লৌখৎলম্বগী খূদম্ থোইনা উদে। মতাং অসিদা "ইন্দিয়ান এডল্ট এডুকেসন এসোসিয়েসন" পনবা য়াই। মতম অহুদা এসোসিয়েসন অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌহুনা ইবা-পাবগী জ্ঞান্ লৈজদ্রবা মীওইশিংবু ইবা-পাবা তম্বীহুনা মথল কয়াগী লৌশিং জ্ঞান্ পীনবা কন্না হোৎনরম্মী। মসিগী মমাংদা হায়বদি ইং-শোক্ ১৯৩৭ অসিবাইদা লনাই থবায় য়াওবা মরৈবাকপু মুংশিজবা মীওই খরনা মীয়াম পুম্না লাইব্রিক পাক্সম্ ( লাইব্রেরি ), খুৎনা ইহুনা নমথোক্লবা লাইব্রিকশিং পাহনবগী থৌরাং .কয়া লৌখৎখি। লোয়ননা ইবা-পাবগী জ্ঞান্ লৈত্রিবা মীওইশিংবু ইবা-পাবা তম্বীবগী থৌরাং লৌখৎলম্মী হায়বসি মমাংঙৈগী

লাইরিক অমদি চেফোং ( জর্নেল ) কয়াদগী ঐখোয়না খঙ্ বা ওন্মী। অদুগা ইং-শোক্ ১৯৩৯ অনীশুবা লঙ্গাওগী মতম্ অদুৱাইদদি চরক্ চহিংনাইখিবা, মরম্না মতম খরদ্রি থোৱাং অসি লেপখি।

নীংতম্বা ফংলবা মতুংদগীদি মমাংদা পাংথোক্লম্বা এডল্ট এডুকেসন থোৱাংগী পান্দম্, অদুবু পুমহোং হোংদোকখি। ইংশোক্ ১৯৪৭ কি ডিসেম্বর থাদা রেৱাদা "ইন্দিয়ান এডল্ট এডুকেসন্ এসোসিয়েসন্না" শীন্দুনা ফমখিবা মীফমগী ( কনফরেন্স ) ফল ওইনা মীয়াম্বু পাক্-চাউনা মহৈ তম্বীবা হায়বসিনা মী অমনা মাগী তুংগী পুন্সিগী লম্বেল শেমজ্রবতা নত্তনা গণতন্ত্রগী অশেংবা পান্দম অদু ঙাক্না চংচবা ওমগনি হায়বসি খঙনরকখি। মসিগী ইরোয়নন্না সোসিয়েল এডুকেসনগী মরু হুনবা হোৌরকখি। ইং-শোক ১৯৪৮ গী জানুয়ারি থাদা সেণ্ট্রেল এড্ভাইজরি বোর্ড ওফ এডুকেসন্গী মীটিন্দ গণতন্ত্র চংলবা ভারতকুম্বা লৈবাক্ অসিদদি মীপুমতিংনা লাইরিক্ হৈহনবা অসিতনা হোংলক্লিবা সমাজগী ঈচেলদা ইরোয়নন্না চংমীনবা ওমগনি হায়বসিগী অচেং-পা থাজবা লৈখ্রবনি। মসিগী মতুংইন্না শ্রীমোহংলাল্ সক্সেনাগী লুচিং মথাদা সব-কমিটি কয়া শেম্তুনা মীয়াম্বু মথৰ্ল খুদিংগী লৌশিং জ্ঞান্ লৈহন্নবগী থোৱাং পায়থংখি। মতম অসিদগী অসিগুম্বা লাইরিক্ মতম্বীবা অসিবু "সোসিয়েল—এডুকে-সন" হায়না খঙ্নরকখি। অদুগা অমুকন্থু এলাহাবাটদা ফম্বা ১৫ শুবা সেণ্ট্রেল এড্ভাইজরি বোর্ড ওফ এডুকেসনগী মীফমনহ্নু অনৌবা লৌশিং জ্ঞান কয়া অমুক ফংলকপদগী সো-সিয়েল এডুকেসনগী পান্দম অসি খরগা পাক্থোক্ চাউথোকহন্দুনা

লৈবাক্কী ওইবা সমাজিক্ অমসুং অর্থনীতিগী ফিভমদা মপাঙ্গল কনখৎ-হন্নবা হোৎনবা ৎবকারনি হায়বা ৱারেপ অসি লৌখি। ইংশোক্ ১৯৪৯-৫২ দগীদি অহান্বা চহী ৫ গী থৌরাংদা শেনফম কয়া হাপচিন্দুনা সমাজিক্, অর্থনীতি অমসুং রাজনীতিগী ফীভম্ ফগৎনবা হোৎনখি।

ইং-শোক্ ১৯৫২ গী মতুংদগীদি এডল্ট এডুকেসনগী থৌরাং অসি মপুম ওইবা থৌরম্ অমা ওইরকখিবগা লোয়ননা সোসিয়েল্ এডুকেসন্ অসিসু মরু ওইবা শরুক্ অমা ওইগদবনি হায়না লৌনখি। লৈবাক্কী মফম কয়া কযাদা সোসিয়েল্ এডুকেসন্ ওর্গেনাইজর কয়াগী ট্রেনিং সেণ্টর কয়া লিংখৎখি। লৈবাক্কী মচি-মচিদা মীয়াম্গী ওইবা লাইব্রেরি পাফম্ শঙ্ কয়া থম-দুনা, রেডিওবু মীয়ামগী ওইবা জ্ঞান্ শন্দোকবা খুৎলাই অমা ওইহন্বগা লোয়ননা পাব্লিসিটি বিভাগনা ডোকুমেন্টরি সিনেমা কয়া উত্তুনা মীযাম্বু মথল্ কয়াগী লৌশিং লৈনবা হোৎনখি। ইবা-পাবা থরা থরা ্ঙমজরবা মীওইশিংদা চান্ন-চান্নবা লাইব্রেরি কয়ামরুম্ যেন্থোক্তুনা শঙথ্রবা লৌশিং জ্ঞান্ অত্থ কাওদনবা উপাই কয়া পুথোরবা হোৎনখি। লনাই সংস্থান্শিংদসু মতীক্চাবা শেলগী মতেং পীতুন মখোয়বুসু শরুক্ য়াংনখি। অসুম তৌদুনা মথং মথং চত্থরক্পসিনা এডল্ট এডুকেসনগী থৌরাং অসি হৌজিক্কি চাউখৎ থৌরাংগা মরী লৈনবা মরম্না সরকারনা মতাং অসিদা পুক্নিং হেন্না চীংশিন্দুনা নৌহৌননা জানতা সরকারগী মতমদা নেসনেল এডল্ট এডুকেসন্" প্রোগ্রাম্ অসি হৌদোক্লখবনি।

---

মঙাশুবা পন্দুপ্।

## এডল্ট এডুকেসন্গী মরু ওইবা মচাক অহুম।

ভারত্কী মীশিংগী শরুক্ অয়াম্বা লোইজিং লোইয়াদা খুদোংচাবা কয়া ফংদনা লাপ্না লৈখ্রবা লাইরিক্ লাইশু হৈতবগী কুম্মৈনানা নারবগুম্বা মীওইশিং ঙাক্কনি। মখোয়বু সমাজ অসিগী চেল্লিবা ঈচেন্ অসিগা মান্নানা থমদুনা রাজনীতি, অর্থনীতিগী মপুং ফারবা জ্ঞান্ লৈহন্নবা হোৎনবা হায়বসিমক্ তবাই তরাইবা থবক্তি নত্তে। চহী কয়া নৈহৎ-তুহৎপীরদুনা চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রবা মীওইশিংদুগী অৱাবা উবীদুনা মখোয়গীদমক্তা হোৎনবীবা হায়বসি ঐখোয়গী তৌদবা য়াদ্রবা ইথৌনি খনগদবনি। মখোয়বু মতীক্চানা জ্ঞান্ পীবিদুনা সমাজসিদা মখোয়সু মীমি ঈমনা থৌনা ফনা চৌংথোক্চবা হোৎনবা হায়বসিগী মতাংদা এডল্ট এডুকেসন্ সেণ্টরগী ওঝা ওইরিবা ওইরিবীশিংগী থৌদাং চাউনা লৈ। ওঝাশিং অসিদি ডাক্তরনি, ইঞ্জিনিয়ারনি অমসুং সোসিয়েল্ রিফোর্মরনি। মখোয়না মপুংফানা জ্ঞান্ লৈরবদা থৌদাং ময়াম্শিং অসি পাংথোকদোরিবনি।

এডল্ট এডুকেসন্ প্রোগ্রাম্মু য়ায়পাক্না পাংথোকবগীদমক্ মথক্তা পন্থিরবা মচাক অহুম্ হায়বদি (১) সোসিয়েল্ এওয়ারনেস,

(২) কংস্রমেল্ ডিভেলপমেন্ট অমসুং (৩) ইম্পার্টিং লিটেরেসি অসিনচিংবশিং অসি মমুৎতানা নৈনবা দরকার ওই॥

॥ মচাক্ অহুম্ অসিগী মনুংদগী অমা বাংনা পাংথোক্পা তারবদি অপান্বা কন্না থোক্কপা য়াই। মরম্ অতুনা মচাক্ অহুম্সি পুন্না পাংথোক্কবতদা এম: এ: ই: পী, পী পাম্দম্ অতু য়োবা ওম্গনি।

সোসিয়েল্ এওয়ারনেস্ :

এডল্ট এডুকেসন্ প্রোগ্রাম্না পাম্লিবদি মপুং মরে ফাব্বা ইরা-পাবগী জ্ঞান্ নাংথিনা লৈহৌদ্রবা মীওইশিংবু মিৎশিং-নাশিংনা লৈহন্নবা, মাগ্না মানা লৈরিবা লৈবাক্ অদুগী অথীক্-অবস্তা ফজনা খঙ্‌নন্নবা, হোৎনহন্‌বা অসিনি। সমাজ অদুদা করি করি ত্রৌরিবগে; লৈবাক্ অদুগী ফীভম্ কদাই য়োরবগে; মতাং অসিদা ঐপী থোদাংনা করিনো হায়বা ফাওবা খঙ্‌দ্রবা মীওই অদুদি হিংচুন্না লৈবগী অর্থ থোক্কবনি। অককা সমাজ অমা শেম্দা অকবা জ্ঞান্ তাবা মীওই কয়ামুক্কী মতেঙ চঙই। মতেঙ্ লোগ্নদোরিবা মীওই অদুনা লাইরিক্-লাইগী জ্ঞান্ য়াওদ্রবা, সমাজিক অমসুং অর্থনীতিগী ফিভম খঙ্‌দ্রবা, লোয়ননা সমাজ অদুগী মপী-মপা ওইরিবশিং অদুনা মংখায়গীদমক্তা হোৎনরিবা থবকশিং অদুনা করিনো হায়বা ফাওবা খঙ্‌দ্রবা মীওইমা নন্না লৈরবা লৈবাক্ অদুদি অকিবগী মখক্কি। মরম্ অসিনা এডল্ট লার্নরশিংবু (চহি ১৫ দগীনা ৪৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবা লাইরিক্ তম্লিবশিংবু) মখোয় মখোয়গী অবাবা, শুদোংথীবা সমস্যা কয়াশিং অদু কোক্ননবা মখোয়না হিংচুনা লৈরিবা লৈবাক্ অদুগী ফিভম্ নীংথিন খঙহন্‌বা তাই।

খুঙ্গংদা, লোইঙ্জিং-লোইয়াশিংদা অমদি চীংগী লমশিংদদি লাইহিরিক্ হৈজবগী চাং অসি য়াম্না ৱাংই। মকমশিং অসিদা লৈরিবা খুৎনা শুদুনা চাম্নিবা শিন্মীশিং, লৌউ-শীংউবশিং অমদি খুঙ্গংগী লায়রবা প্রজাশিংনা মশাগী অধিকার অমদি মতৌ করমনা ইশানা ইশাবু অমসুং খুঙ্গংবু ঙাক্চগদগে হায়বা খঙদে। ইনাক্-খুনবা শেঙ্গাও পায়বা মীওইশিংনা পীনীঙ্বা খুৎশুমন্ পীদুনা, মনিঙ্ মখা তম্না শীজিন্নবদা মখোয়না অতুম্মক্ য়াই মরম্দি খুৎশুমন্ অমসুং মী অমগী ষংফম্ থোব্পা অধিকার অতুবু মতাক্লা খঙজদে। অম-ৱোমদসু খুঙ্গংগী লায়রবা কোরনবা অমসুং খুঙ্গং চাওখৎনবগী দমক্ সরকারনা মথল্ কয়াগী শেন্গী নম্রগা খুৎশু-খুৎলাইগী মতেঙ পীরক্লিবা ময়ামশিং অসি লৌফম্ খঙদনা হাযকম্ খঙদনা লৈবা মরমনা ইনাক্-খুনবা, মীচঙ্ লৈবা, মিৎশিং-নাশিংবা মীতগী ওইখিবা তাবনি হায়বনচিংবা থোঁদোক্-ৱাথোক্শিং অমদি ৱারী-ৱাতায়শিং অসি নীংথিনা শুগাইনা শীবিদুনা খঙ্হন্নবা হোৎ-নবা হায়বসি তঙাইফদ্রবনি।

ভারত সরকারনা খুঙ্গংগী ইচিন্-ইনাওশিংগী মশা-মউ ফনা লৈনবা, চাবা থক্পা ৱাঙনা নুঙাইবা ইমুঙ অমা শেম্নবা য়াইফ-য়ুক্কান্গী থৌরাং কয়া লৌখৎলক্লিবা, পীক্লিবা অঙাংশিংবু খুদোং-থীবা লৌনগন্বা লাইনা কয়াদগী ঙাক্থোক্লবা, মথল কয়াগী হিন্দাক্-লাংথক্ পীজ-পীথক্ তৌবগী থৌরাং কয়া মকম্ খুদিং শিন্থুংনা শন্দোকলক্লিবা খুদোংচাবা কয়াশিং অতুবু খঙহনবগী লোয়ননা খুদক্তা কান্নবা ফংনবগী লম্বেল্ তাক্পীদুনা মখোয়গী পুক্নিং চিংশিন্নবা হোৎনবা হায়বসি ওবা ওইরিবা অমদি মরী লৈনবা মীওইশিংগী থৌদাংনি।

অশুম্ তৌনা মথল্ কয়াগী কান্নবা খুদোংচাবশিং অদু তাকৃপীরবতদা মশানা য়ানা হরাওনা লাইরিক্ তমফম্ (সেণ্টর) দা লাকৃচগনি।

মতাং অসিদা সরকারনা লৌখৎলকৃপা য়াইফ থৌরাংগী পান্দম অদু থর পঞ্জগে।

## য়াইফ-য়ুম্বালগী থৌরাং ঃ

য়াইফ-য়ুম্বাল হায়বসি য়ুম পাল্লবা নুপা-নুপীনা মথোয় মথোয়না মতিক্ চানা য়োকৃপা থাকৃপা ঙমগদোবা অঙাং মশীং অদুতমক্ পোক্কনা মাগী ইমুং মনুংগী হিরম্ খুদিংদা চাউখৎনবা হোৎনবা ঙম্বা অদুবুনি। শন্না হায়রবদা "য়াইফবা ৱাক্ত-পাদবা ইমুং" অমা ওইনবা হোৎনবা হায়বনি।

য়াইফ--য়ুম্বাল হায়বসি ইমুংগী মীশিং চাং কন্না থম্নবা হোৎনবতবু নত্তে। মসিগী মথল মথা অয়াম্বা উদ্দেশ্য কযা লৈরি। ঐখোয়গী মীশীংগী চাং অসি ঈশিং ঈচাও হেনগৎলকপগা প্রামান্ তৌনৈ। মসিনা জাতিগী ওইনা লৈরিবা অর্থীক অবস্থা, সমাজগী ওইনা লৌখৎলক্লীবা থোরাং কযাদা অপন্বা কন্না তোয়না থোকৃহল্লী। ঐখোয়গী লৈবাক্ অসিদা উদ্যোগ, থাক্ত শুংদোকৃফম, লায়েংশঙ, স্কুল, কলেজ, অতৈ সংস্থান্ কয়া লিংখৎখ্রে অমসুং মতুং তাবা থবক্ থৌরম্ কন্না অমসু লিংননবা হোৎনরকৃলি। মরক অসিদা চিঙ্গাকী চাথোকৃসু হেনগৎলকবা নত্তে। অদুবু লাইরবদি অদুমক্ কোকৃপা ঙমদ্রি।

পোৎ-চৈ তাঙবা অমদি চাবা ফংদবগী সমস্যাদি অস্তুম্ হেন্-গৎলক্লি। মসিগী মরমদি সমাজগী ওইবা য়াইফ থৌরাংনা মীশীং হেনগৎলকপগী চাংদগী শোথনা লৈহৌবননি।

ইং-শোক্ ১৯৫১ দা মণিপুরগী অপুনবা মীশীং অসি ৫,৭৭,৬৩৫ ওইরম্মী। ইং-শোক্ ১৯৭১ গীনা ঐখোয়গী মীশিং অসি ১০,৭২,৭৬৩ ওইরম্মী। অদুগা ইং-শোক্ ১৯৮১ দনা ১৪,৩৩,৬৯১ শুরে। অদুনদি চাংচৎতা চহিগী ওইনা হেনগৎলক্লীবা মীশীং অসি ৩,৭৮,৫২৮ নি। হেনগৎলক্লীবা মীশীং অসিগী চান-থক্লবা, মখোয়গী লৈফম্ অমদি মহৈ-মশিং তম্নবগী থৌবাং য়াংগোক্‌পা ওমবা? হায়বা-লৈবক্লবা মীশীংগী মকম্ নীংথিজনা শেম্বীবা ওমদ্রিঙৈসিদা নৌনা হেনগৎলকপা মীশীংগী অমুক্ থোবাং তৌরবা শাযর্ব'স ওইথো।-তবনি। অরাবদা অরাবা হাপকৎপনি।

অমরোম্‌দা অঙাং তোযনা পোক্‌পনা মমা ওইবীশিংগী হকচাং ফংলক্কে; মখোযগী মশাদা নারক্ সেন্রকই। অঙাং মশীং য়াম্লবা অমসুং নৌরীবা চহি ঙাক্তা ওইবংদি মখোযবু চপ্ মাম্না লুনা নুংশিনা তৌবীবা, মহৈ মশিং তম্বীবা, মশা মঙ ফনা নাদ য়েক্তনা থম্বা অসিনচিংবা কয়া চমলক্কে।

অফবা নাগরিক্ খুদিংমক্কী মথৌদিঃ পাম্‌দবা অঙাং মশিং ক হেনগৎলকপগী মচুংতা, মীশীং য়াম্‌দবা ইমুং অমা-ওইনবা হোৎনবা মীশীং য়ামদবা ইমুং অমদা নুংঙাইবা চিঙ্গাক্ মরাং কাইবা, মহৈ মশ নীংথিনা তমহনবা, মুম্বাল্ কৈবাল্‌গী ফিভম্ ফনা থম্বা ওম্ই। অস্তুম থৌরাং অসিনা মাগী ইনুংগী য়াইফনবা থবক্ ঙাক্তা তৌরি।

ভারতবর্ষ হায়বা অসি গণতান্ত্রিক্ ওইরবা লৈবাক্ অমা য়াইফ মুম্বাল হায়বসিসু য়াইফ থৌরাংগী শরুক্ অমনি। ম

অসিদগী থোৌরাং অসিবু মীয়ামদা মখোয় মখোয়না মশাগী অপাম্বা রাখল্ য়াওদনা নম্-হাদুনা তৌবা য়াবা থোৌরাং নত্তে। মমা মপা ওইবশিংনা মখোয় মশানা অঙাং কয়ামুক য়াম্না য়োকৃপা থাকৃপা ওম্‌গদগে অমদি মহৈ-মশিং তমহন্‌বদা শেল্ কযামুক্ চংবা য়াই অদুগা মাগী ফংলব্রীবা শেন্‌ক্ষম্না অসিনি হায়বনচিংবা থঙ্‌দোকপা দরকার ওই। মতাং অসিদা লাইরিক হৈবা, বুদ্ধি জ্ঞান্ লৈবা মীওই দারকার য়াম্না ওইরকই। লাইরিক্ হৈবা বুদ্ধি জ্ঞান্ লৈবা মীওই অমা ওইরবতদা মথল্ খুদিংগী চাওখৎ থোৌরাং কযা লাইনা শেম্বা ওম্মী। অমরোম্‌দা অমুক্ মণিপুরী জাতি অয়াম্বা মখোয-মখোযগী ইমুং মনুংগী শেন্-থুম্‌গী ফিভম্ ,অসি অয়ুক্কী মতিক্ নেম্না লৈ, মতুদি মখোযনা পোকৃচরীবা অঙাং অনি নত্রগা অহুম্ ফাওবা নৌংথিজনা যোক্-থাকপা ওম্নবা শেল্ তান্‌জবা ফাওবা ওম্‌দে। মরম্ অসিদগী ঐথোয়না সাধারন্ ওইনা "অঙাং অনি নত্রগা অহুম্না" চপ্ চাবে হাযনরিবনি।

ইমুং অমগী শান্তী পুবক্নবগীদমক্ অমদি শেন্-থুমগী ফিভম্ ফাগৎনবগীদমক্ ঐখোয়না অঙাং মশীং হেনহন্‌দনবা মথল্ কয়াগী উপাই শিজিন্নবা য়াই। মীরোন্দনবা পাম্বৈশিং অসি শিজিন্নবগা কনাগুম্বা অমনা অঙাং পোক্‌পগী থবক্ অসি ভাক্‌থোক্‌পা য়াই। য়ুম-পাল্লবা মীওইশিংনা মীরোন্‌হন্দনবা মখোয়না পাম্বা উপাই অমা হেক্তা শিজিন্নবা যাই।

ডাক্তরশিংনা ছুরিগী মতেংনা ওপ্‌রেসন্ তৌদুনা মী কয়াগী পুন্সি কল্লি। অদুগা ফত্তবা মীওইশিংনা ছুরিগী মতেংনা মমল্ য়ান্নবা মী কয়াগী পুন্সি মাংহল্লি। অসিগী মরাল্ অসি থাংনা ওইগত্রা ?

মসিগী তশেংবদি অচুম্বা নত্রগা ফত্তবা হায়বসিদি মসিবু শিজিন্নবদা থোকললকপা ফল্ অদু য়েংলগা বিচার অদুম্ তৌবা য়াই।

য়াইফ য়ুম্বালগী থৌরাংবু খণ্ড্ বীদুনা নিয়ম্ চুন্না পাংথোক্-পিরবতদা ইমুং অমগী শেন্-থুম্‌গী ফিভম্ ফগৎহনবতদা নত্তনা জাতিগী ওইনা শান্তি পুরক্কনা চাওখৎপা সমাজ অমা ওইরকপা তাবনি। মরম্ অদুনা থৌরাং অসি এডল্ট এডুকেসনগী মতেংনা খুঙ্গং-খুদিংগী অহন্‌লোন্ নহ'রোন্, নুপী-নুপা খুদীংমক্ খণ্ড্হনবীবা তারবদি ভারত সরকারনা মাইয়োক্নবিবা মীয়াম্‌গী অৱাবা অসি থরদি ফগনি।

**ফংসনেল ডিভেলবমেণ্ট :**

★ এডল্ট লার্নর অমনা মহাক্কী পুন্সিদা নুংঙাইনা অমসুং শান্তি ওইনা হিংনবা মখল্ খুদিংগী শিনফম্‌দা হৈশিংবা হায়বসি য়াম্না মরু ওই। হৌজিক্কী শেন্‌গী যুগ অসিদদি বীঃ এঃ পাস তৌরে, এমঃ এঃ পাস তৌরে হায়রুনস্থ সরকারগী তলব-চাবা থবক্ অমা হেক্তা লায়না ফংবা ঙমদে। লাইরিক্ হৈবগী মশীংনা হেনগনলকপগা লোয়ননা থবক্ ফংদবগী মশীংসু-অশুম্মক হেন্‌গৎলক্‌পনা অমক্কা হেন্না অৱাবা ওইহল্লি। করিগুম্বা খূৎনা শুবা য়াবা শিনফম্ অমদা নীংথিনা হৈশিংলবা মীওইদি শেন্দান লম্বেল্ অসি য়াম্না কোন্না

---

★ এডল্ট এডুকেসন্ সেণ্টরদা ইবা-পাবা অমদি অতৈ মখল্ কয়াগী লৌশিং জ্ঞান্ তান্‌শিল্লিবা চহি ১৫ দগী ৪৫ কাওবদা লৈরিবা লাইরিক্ থর থর হৈরবা অমসুং তকহৈ হৈত্রিবা মীওইশিংবু লার্নর হায়না খঙৈ।

লৈ। মরম্ অসিনা ঐখোযনা লাইরিক্ তম্না তম্না করিগুম্বা শিন্ফম্ অমদা হোৎনবা হায়বসিমক্ হৌজিক্তি তঙাইফদবা অমা লাকে। ইংগ্রাজি পাউরৌ অমা ; "A ja-k of all trades bu; master of none" হায়বা, অসি হৌজিক্কী মতম্ অসিদদি চুনবা খরা ৱাৎলে। করিগুম্বা শিন্ফম্ অমদা, খরদা ওইরবস্থু খঙ-হৌবা হায়বসিনা তুংদা লাক্চবা অমা শোযদনা লাক্পা তাবনি। মীশাংনা য়ামদ্রিঙৈ শেৎন-চানবনা হোংলিঙৈ, হীরম্ অমদা নৈনদুনা পঙচত্তা চৎলিঙৈগী মতম্দা পুথোক্খিবা পাউরৌ ওইবনা হৌজিক্তি মীনা ৱুক্-ৱুক্ ইম্নরবা মালেমদা, চাবীনবনা শৌ-শারবা পৃথিবীসিদদি চানবা ঙমদ্রে। এডল্ট এডুকেসন্না পান্নিবা পান্দমস্থু শিন্ফম্দা চাংথৎহনবনি। শিন্ফম্গা চানবা মহৈ তম্বীবা হায়ব-সিমক্ থৌরাং অসিদদি য়াম্না মরু ওই। মত্যুং অসিদা গান্ধী-জীগী "বেসিক্ এডুকেসন্" পনবদা মতিক্ চায়। বেসিক্ এডু-কেসন্গী পান্দম্ অসিমক্ এডল্ট এডুকেসন্গী শিন্ফম্গা কোম্নবা মহৈ (ফংস্নেল এডুকেসন্)হায়বদুগা য়াম্না নক্লে। মরম অসিদগী অনৌ-অনৌবা নোংম-নোমগী থেংনরক্লিবা সমস্যা কয়াগা মরি লৈনবা থবক্ কয়া পুথোক্লনা, ইবা-পাবা তম্লীবা মীওইশিংদা অরাযবা মওংদা তাকপী তম্বীবা হায়রসিমক্ থৌরাং অসিগী অমত্তা ওাইরবা পান্দমনি। খুদম্ ওইনা; ইবা পাবা তম্লিবা মুপিশিংদা মথোয়গী ইমুঙ, মমুঙগী শেল্-থুমগী ফিভম্ ফগৎহন্নবগীদমক মখল্ কয়াগী মতমগা চুনবা শিন্ফম্ হায়বদি হৈ-মহি শুংরা, আচাব শেম্বা, চে-অমদি ফীনা লৈভ্রেংগী ওইবা লৈ-শু, লাইফদবীনচিংবা শেম্ শাবা, অতৈ মখল্ কয়াগী মচন্-শুবা, চিপ্লাক্ শেম্বা, মোজা লোনবা, কিম্না-লোনশা অমদি ফুরিৎ, ভূবরক্চিংবা তম্বীবগী জ্ঞান্

পীবা তঙাই ফদবনি। মসিনা মখোয়গী ইমুং-মনুংগী শেন্‌ফমদা অহেন্‌বা আই লাকৃহন্নবা উপাই অমা ওইহন্‌বতা নত্তনা সমাজগী শেন্-থুমগী ফিভম্‌দসু কান্নবা পুরক্‌পা ঙমগনি। অসুম্‌তৌনা য়োৎ-শুবা নুপা অমনা হেন্না ফবা মথলগী জ্ঞান্ ফংনবা সাইকল্ শেম্বা অমসুং চন্‌খৎপা অমদি করম্বা মওংদা করম্না শেম শারগা মী-য়াম্না পাম্নগদগে হায়বনচিংবগী পাবা তম্বীবা, অশুম্না হৱা গাড়ি শেম্বগীসু, বেডিও শেম্বগীসু অদু মঙাই অমসুং লোউবগীসু হেন্না ফবা মথল্‌গী লৌউ পথাপ্ হায়বদি কবম্না হার হাপকনি, করম্না লৌ লিংগনি, তিন্ করম্না হাৎকনি হায়বনচিংবা মতম-মতমগী ওইবা অনৌবা মওংদা তম্বীবা হায়বসিনা মখোয়গী হান্না লৈজ-রম্লিবা লৌশিং জ্ঞান্ অদুদগী হেন্‌গৎনবা মরম ওমনি।

খুঙ্গংদা লৈবা শোথ্‌হৌববা নুপা অমসু নুপীশিংবু যাবিমখে মীরক্ তিলহন্নবা অমদি মীয়াম তিন্‌বা মফমদা পুথোক্নবা হোৎন-গদবনি। মখোয়শিং অসিগী মরক্তা মকে-মশিং, লাইব্রিক্-লাইশু-হৈবশিংবু সরকারগী লোয়শঙশিংদা হায়বদি খুঙ্গংগী চাউখৎ থৌরাং অমদি আইন্ কানুন্ ঙাক্নবা থম্‌লিবা গ্রাম্ পঞ্চায়ত্ অমসুং ব্লোক্ ডেভেলপমেণ্ট ওফিসশিংদা থবক্ তৌহন্নবগী খুদোংচাবা পীবীগদবনি। অনৌবা লৌশিং, অনৌবা মহৈ তম্বীবতা নত্তনা মখোয়বু চাউখৎলবা সহরগী মফমশিংদা পূম্না পূম্না পুত্তুনা মফম অদুগী যুমলৈ-কৈরৈ, চৎনবীনচিংবা য়েংহন্‌বনসু মখোয়গী হান্নগী লৈজরম্মীবা যুম্বাল কৈবান্ অদু থরদা ওইরবসু হোংদোকৃহনবা ঙমগনি। মরম্‌দি মীওইবা হায়বসি মতৌ-তম্বা জীবনি, চাউ-খৎপা মীওই অমদি লৌশিং লৈবা মীওইদগী মথং-মথং মতৌ তম্মে। জ্ঞান্ লৌশিং লৈত্রিবা মীওই অমনা মতোন্দগী হৈন্না

হৈশিংলবা মীওইশিংগা লোয়নবনস্থ মাগী হাম্না লৈজরম্লিবা লৌশিং জ্ঞান্ অদুদগী খরদা ওইরবস্থ হেন্‌গৎলকপা শোইদবনি। তঙাই-ফদ্রবদি অনি অসিগী মরক্তা চারৌ-মোরৌনবগী খুদোংচাবা পীবা থোইনা কায়দে। অশুম্না তৌরবদি চাওখৎত্রিরা লৌশিং লৈত্রিবা মীওই অমবু শিংহম্নবা হোৎনবা হায়বসি থোইনা লুবা ওইরোই।

ইম্পরটিং লিটেরেসি :— মমাংদস্থ পনখ্রে, ইবা পাবা অমস্থং অক্ষগী জ্ঞান্ লৈহন্‌বা হায়বসিমক্ লার্নর অদুনা মশাগী জ্ঞান্ হেনগৎহন্নবগী মচাক্ অমা ওইবতা নত্তনা সমাজদা মহাক্কী থৌদাং মশক্ খঙহন্‌বদা য়াম্না মতেং ওই। খবর কাগজ পাবা ঙম্নবা মীওই অমনা নুংতিগী চাং নাইনা ফোঙলিবা ঈ-পাউ অদু পারুবা নৈনরুবদগী মাগী ৱাখল্‌দা অওন্‌বা অমা লাক্কুনা সমাজদা মহাক্কী থৌদাং মশক্ খঙলক্‌পগা লোয়ননা রাজনীতি ৱালাশিংনা মখোয়গী মথক্তা শাম্নরম্লিবা অমদি লৌরম্লিবা শক্লোনশিং অদু খঙলক্কুনা অচুম্বা অশেঙবা মীশক্ থন্দোকপা ঙমলক্কান। করম্বা মীওইবু ময়ামগী মীহুৎ ওইনা থাগৎলগা লৈবাক্কী য়াইফবা পুরকপা ঙম্‌গদগে হায়বনচিংবগী ৱাখলস্থ থন্থবা ঙমলক্কনি। চৌঙ্গাক্কী মরম্‌দা নত্রগা হকচাংগী মরম্‌দা নৈনবা লাইরিক্ কয়া পারুরগস্থ মখোয়গী পুক্নিদা হেম্না কাম্নবা অচাক্ কয়া পীগনি। শম্না হায়রবদা ইবা পাবা ঙম্‌দবা মীওইশিংদি মীৎ তাঙলবা মীওইগা পাঙথক্নি। মমীৎ উদ্রবা মীওইনা সংসারগী অবা-নুংঙাই অমদি ফজবা অথীবা মশক্ খঙদবগুম্, লাইরিক্ হৈত্রবা মীওইশিংস্থ অচুম্-অরান অমদি অফ-ফত্ত খঙদবনা মরম ওইদুনা মখোয়গী পুক্নিদা [illegible]

নংতুনতা লৈ। মরম্ অসিনা ★লিটরেসিনা কৈদৌঙৈদস্থ তোঙাম্না মথন্তা তাতুনা লৈবা য়ারোই। অমরোম্দস্থ লিটরেসিনা এডুকেসন্গী অহৌবা তাঙ্কক্ (ইনিসেয়েল্ ষ্টেজ) অমনি হায়না লৌবিস্থ য়াই।

মথক্তা নৈনখি্রবশিং অসিদগী ঐখোয়না থঙবা ঙমলে মতুদি ইবা-পাবা তম্বীবা (লিটেরেসি) মীয়ামবু হৈনিংবা পোহম্নবগী মচ্চাক্ পীবা (সোসিয়েল এওয়ারনেস অমদি শিক্ষমগা কোন্নবা জ্ঞান্ পীবা (ফংসনেল্ এডুকেসন্) হায়রিবা অহুম্ অসি পুন্না চৎমিন্নহনবা হায়বসিনা প্রোগ্রাম্ অসিবু মায়পাক্কা পাঙথোক্নবগী মরম্ অমা ওইরিবনি।

---

তক্লকৃশুবা পন্দুপ।

## ইনস্ট্রক্তর [ ওজা ]

মথক্তা মৈনখি্রবা হীরম্ কয়ামক্লম্শিং অসি মপুংফানা পাংথোক্নবগীদমক্ পাঙ্গৈতাক্ পীনবা অমস্তুং লমজিংবীনবা মীওই অমা লনবা তাই। অতুনদি মীওই অতু কনানো অমস্তুং, করম্বা মীপক্কা

---

★ থৌরাং অসিদা ইবা-পাবা অনস্তুং অকগী জ্ঞান্ তৌবক্ পীতুনা থঙহনবা অসিবু "লিটরেসি" হায়না থঙলৈ।"

চানগদগে মহাক্কী থৌদাং করিনো ; মীওই অদু করম্তৌনা থনগনি হায়বনচিংবশিং অদু অমুক্ নৈনদুনা য়েংসি।

ইনস্ট্রক্তর কনানো ? এডল্ট ★এডুকেসন্গী থৌরাংবু মায়পাক্না পাংথোক্কে হায়রবদি মরু ওইনা কোয়না চত্তুনা য়েংশিন্-খোংচিন্ তৌরিবা ( ফীল ৱার্কৰশিং ) মীওইশিংগী মথা য়াম্না পোল্লি। ইনষ্ট্রক্তরস্থ অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী মনুঙ চল্লি। খুঙ্গংদা, লোইজিং-লোইয়াদা অমসুং সহরদা লৈরিবা ইবা-পাবগী জ্ঞান্ লৈত্রবা শোগ্খনা লৈহৌরবা মীওইশিংবু তাক্পী-তীক্পী তৌদুনা হাক্থেঙননা জ্ঞান্ লৌশিং পীবীগদৌরিবা মীওই অদুবু ইনষ্ট্রক্তর (ওঝা) কৌই। ওঝা ওইগদৌরিবা মীওই অদুদি থবক্ তৌগ-দৌরিবা মফম্ অদুগী মনাক্-নক্পা মফমদা লৈবা, লন্দম্ অদুগী মীয়াম্না য়াবা, সমাজগী থবক্তা মশা কথোক্পা ঙম্লবা অমদি মগুন্ কয়া চেল্লবা, হৈশিংলবা মীওই অমা ওইগদবনি।

কনানা ওঝা ওইগনি :— এডল্ট এডুকেসন্ সেণ্টরশিংগীদমক্ য়ামদ্রবদা ক্লাস VIII পাস তৌববা মপুঙ্-ফৈ ফারবা লুচিংবা ঙম্বগী মগুন্ চেল্লবা, মীয়াম্না, পান্নবা, খাঙবা কন্বা অমসুং কথোকপা ঙম্বগী শক্তি চেন্বা মীওইনা ওঝা ওইগদবনি। নত্রগা থবক্কগী পোত্থারবা স্কুল ওঝাশিং, ছাত্র নহারোল্, সোসিয়েল্ ৱার্করশিং, লাইব্রিক্ হৈরবা থবক্ ফংদ্রিবা নহারোলশিংনস্থ এডল্ট এডুকেসন্ সেণ্টরগী ওঝা ওইবা য়াই।

---

★ ইবা-পাবা অমদি অক্ষগী লৌশিং ফংহন্বতা নত্তনা মথল্ কয়াগী খেংনরিবা খুদোংথিবা কয়াবু মাইয়োক্নবা ঙম্নবা পীরিবা জ্ঞান্ অদুবু "এডুকেসন্" কৌই।

থৌরাং অসি লায়ররবা, শোপ্পনা কৈরবা মীওইশিংগী ওইবনা ওঝা থন্‌বা মতমদস্ত অতোন্‌বা, অশেমন্‌বা কাওলুপকী মীওই-শিংদগী থন্‌বনা হেন্না খুদোং চাগনি। খুদম ওইনা, হরিজন্ জাতিশিংগী ওইবা সেন্টরদা হরিজন মচাশিংদগী, চীংমী ইচিক্ ইনাওশিংগী ওইবা সেন্টরশিংদনা চীংমীনা, লৌমী-শিন্‌মীশিংগী ওইবা সেন্টরশিংদনা লৌমী-শিনমীশিংগী মরক্তগী থনবা, অমুম্না মাঙ্ক-মাম্নবা কাংলুপ্তগী ওইহন্‌বনা হেন্না খুদোংচাই।

মতৌ অসুম্ তৌনা নুপীগী ওইবা সেন্টরদসু নুপীনা ওঝা ওইহন্নবসু হোৎনবীবা তঙাইফদে। করিগুম্বা নুপীনা ওইবা সেন্টর-শিংদা নুপানা ওঝা ওইশিন্‌বা য়াওই। তশেংনমক্ মসি লাল্লবনি। মরমদি থৌরাং অসিগা পান্দম্ অসিবু নিয়ম্ চুন্না হেক্ চঞ্চবা তারবদি অকায়বা অমস্তং অপন্‌বা কয়া থোকলকপা য়াবগী মওম চাউনা লৈ। খুদম্ ওইনা পন্‌বা তাররদা, য়াইফ-যুম্বাল্‌গী ওইরা নত্রগা নুপীশিংগী ওইবা লায়না মযাগী হৌরম্ নৈনবদা ওঝা অদুনা নুপা ওইরবদি থমগদবা হৌরম্ অদু মহাক্না মনুংতানা নৈনবা ঙম্‌লোই। নত্রগা লানরশিং অদুনা ফোংদোকপা ইকায়বদ-গীনি থওদে, হঙ্গোযবদগীনি থওদে থেংনরিবা থৌদোক্ রাথোকশিং অদু মুন্না নৈনদুনা ভাব তাহন্‌বা ঙমদে। লানরশিংবু জ্ঞান্ তাহন্‌বদা অমসুং মথোয়গী অরাবা, কোক্‌হন্নবদা, অচোবা, অপন্‌বা, অম্না ওইহললি। মরম অদুনা অসিগুম্বা নাতৈচাদ্ববা ফিভমশিং অসি হেংদুনা ~~চানবা ওঝা থমবা হোৎনগদবনি।~~

ওঝা ওইনিংবগী বাথল্ লার্কপা অসি মী অমগা মী অমগা মত্ থেম্নে।

(১) কনাগুম্বা থরনা সমাজদা থোক্লিবা থৌদোক্শিংসিরা হায়বদি লায়রবা, অতোন্বা মীওইশিংবু মীওইনাক্ কৈরাক্ খুন্বা মীওইশিংনা নৈহুৎ-তুহুৎ পীরিরা, লাইরিক হৈতবগী অবাক্না খুদোংথিরবা, কুম্মা থেংনবা অমম্লং অচুম্বা, অশেংবা হায়বসিগী মক্তম্ লৈরক্লবা কয়াশিং অসি উক্ত-তারুবদগী মখোয়গী থম্মোয়দা পেন্দবা নংঙাইতবা অমা পোক্লক্লুনা মীওইশিং অসিগী মতেং পাংনিংঙু হৌজিক্পগী বাখল্ লাক্পা।

(২) কনাগুম্বা মীওই থরনা মাগী হাম্বা ফংজরিবা শেনফম্ অদুদগী অহেন্বা প্রামলক্লুনা ওইনিংলকপা।

(৩) কনাগুম্বা থরনা ওবা ওইরবদি থরদা ওইরবসু মহাক্না লৌশিং জ্ঞান হেনগৎলকনি হায়বদগী ওইনিংলকপা।

(৪) কনাগুম্বা থরনা লৈবাক্কী সমাজগী মিংদা খুদোংচাবা লৌনিংবগী বাখল লাক্প্রদগী ওবা ওইনিংলকপা।

(৫) লাইরিক থরদি হৈজিল্লবগা শেন তাম্বগী খুদোংচাবা ফংলক্লবা, মীওইশিংনা শেন থরদা ওইররসু মরু ফংলবদ হায়বগা বাখলদো ওবা ওইনিংলকপা।

অশুম্ অসুম্না মখল্ কয়াগী বাখল মমাম অমা চহী কয়া অসিদগী ঐখোয়না থেঙনরক্লিবা অদুবু ওইনিংবা অমা ওইজরবসু, অতোপ্পা মীওই অমা বাখল্ অমদা খুদোংচাবসু লৌনিংলরসু মপোন্দা শিন্নবিবা থবক্ অদুবু ওক্না অমা ওইনা মপুঙফানা পাংথোক্লুনা সমাজদা কাম্বা, থরদং ফংওবা পীবা ওন্নবদি সেণ্টর অসিগী ওবা ওইহন্বদা থোক্নবা ঙমকায়বা লৈতে, মরমদি প্রোগ্রাম অসিনা পামৌবসু মহোংবা সমাজদা অমা পুরক্কবা হোৎনবনি।

**ওঝা অমা ওইবা তারবদি লমদম্ অতুগী ফিভম মুম্না খঙ্‌বা তাব,া :**

এডল্ট এডুকেসন্ সেণ্টরগী ওঝা অমা ওইবা তারবদি প্রোগ্রাম্ পাঙ্‌থোক্লিবা মফম্ অতুদা লৈবা মীওই ওইবতা নত্তনা মফম অমদা লৈরিবা লার্নরশিংগী য়ুম্লৈ-কৈরৈ অমস্তু শেলথুম্গী ফিভমশিং মুম্না খঙবা মীওই ওইগদবনি। করিগুম্বা ওঝা অতুনা হায রিবা ফিভম্শিং অসি মুম্না খঙদবা মীওই ওইবা তারবদি চত্থবকপা থবক্ কয়াদা অমদি লার্নরশিং অতুগা লোয়নবকপদা লুনা থোক্কনী। মসিতস্তু নত্তনা মখোয়শিং অতুবু অচুম্বা মাইকৈদা পুরকপা ঙম্‌দবস্তু য়াই। মতাঙ্ অসিদা থাক্ মান্ন-মান্নবা মীওইনা ওঝা ওইহন্‌বা হায়বসি য়াম্না মরু ওই। ওঝা অতুনা লার্নরশিং অতগী রাথল্ মম্না খঙদনা ইচম চম্না হযেংদগী অব-অমান্ ফি ঙাক্না শেংলগা লাক্‌পীয়ু, নুংতিগী ফি অমোংপা ঙাক্না শেংলগা লাক্‌পসি য়েংবা নুঙাইতে, ফজদে হাযবনচিংবা রাহৈ-রাতা কযা শিজিন্নবা অসিনা মখোয়গী রাথলদা নুংঙাইতবা, ইকায হঙ্গোই য়াম্নবগী মওং অমা কাওহললি। ওঝা অতুনদি মাগী রাথলদা করিগুম্বা অমফাও খন্দনা ইচম্ চম্না হাযদোক্‌খিবা ওইম্নবস্তু মসিনা লার্নরশিংদদি য়াম্না নুংঙাইতবা, মখোযবু হন্থনা লৌবা, ব্যাবহার য়াওদবা রাঙাং অমগুম্না লোগনি। মখোয়না শেংলক্‌পা ফিজোল্, চাবা থক্‌পা, রাঙাং-শাঙাং, য়ুম্লৈ-কৈরৈ অসিনচিংবা কয়া তম্বী-রিবা হীরম্ অতুগা ইরোয়নবা তাক্‌পিবা দরকার ওই। অক্ষবা চিঙ্গাক্ চাবনা হক্‌চাংদা কামবা পী, য়ুম্লৈ-কৈরৈ নীংখিনা লৈবনা রাথল্ নুংঙাইহন্‌বতা নত্তনা লায়না-তিম্না কয়াদগী কন্‌বা ঙম্মী। মরম্ অতুনা ঐখোয়না লুনা নাম্না লৈনবা অক্ষবা চিঙ্গাক্ চানবা

লাইরিক্ তমদুনা ইশাগী শেন্দান্ লম্বেল্ শেম্নবা হোংনশি! হায়বনচিংবা কয়ানা মখোয়গী মবুক্ ফাথহন্বা অমসুং মপুক্লিং চিংশিনবা ঙমগনি।

ঐথোয়না মখোয়গী ৱাখল্ অমদি ফিভম্ থুনা হোংহন্নীংঙিবনি হায়দুনা হেক্তা হাথু-হাথ্, হোংহন্বা য়ারোই। নোংমগী চারা অনিশুনা চাবা ফংদ্রেবা মীওইশিংদা হান্না শেন্ তুঙ্শিন্বগী কান্নবা ৱারীনা মাংওইননা চৎপনা মখোয়গী পুক্লিং ওলহন্বা ঙমলোই। য়েন্ অমা লোইরম্বদগী মথং-মথং য়াম্থৎলক্তুনা ইনাক্ খুনগংলক্পগী ৱারী তৌদুনা মখোয়বু পেলহন্বসু ঙমলোই। মখোয়দি থবক্ অসি তৌথোক্সি! অদুগা মসিদগী ফংলক্পা খুৎশুমন্ অদু য়েন্নশি! হায়বনা হেন্না হৱাওগনি অমসুং য়ারক্কনি। মরমদি শেন্গী দরকার অসি অসুক্কী মতীক্ কুও্না লৈখ্রবনি। খুদক্ খুদক্তা তম্বীবা, খুদক্-খুদক্তা কান্নবা পীবা মখোয়না পাম্মী। মখোয়দা শেন্ তান্বগী লমদা ইকায়বা হঙ্গোইবা লৈতে।

মথাদা পীরিবা লার্নরশিংগী ফিভম্শিং অসি অমুক্ নীংশিংদুনা য়েংশি ঃ—

(ক) লার্নরশিংদি সমাজ অসিদা চহী কয়া শেঙ্গাও পায়বা কাংলুপ্না নৈহৎ-তুহৎপীরবা মীওইশিং ঙাক্তনি।

(খ) মখোয়দি লাইরিক্ হৈত্রবা লায়রবনি।

(গ) মখোয়গী শেন্দান্ লম্বেল্ লৈতবনা মরম্ ওইদুনা শেম্থোক্ ৱাৎলি।

(ঘ) মখোয়গী মতিক্ চাবা লৈফম্ লৈতে, অমসুং মতিক্ চাবা শেৎননবা ফীজোল্ লৈজদে।

(ঙ) নোংমা ফাওবদা চারা অনিশুনা চাবা কংদ্রবা মী ওইশিংনা অয়াম্বনি।

(চ) মখোয়দি অৱাংবা অমসুং অফবা শাগৈ-নাতে ফাওবনবা মতম লৈবথিবিক্তা শম্ননিংদে অমসুং তোংন-তিম্ননিংদে।

(ছ) লায়রমনথিদ্রুনা মখোয়গী মচা-মশু ফাওবদা স্কুলদা থাদ্রুনা লাইরিক্কু তম্হন্ৱা ঙম্দে।

(জ) মখোয়দি ৱারৌ-পূক্কৌ চাউগন্ৱা, মশানা মশাবু থাজবা লৈরক্ত্রবা মীওই ঙাক্তনি। অশুম্না মথক্তা পনখিত্রবা ৱারম্ খরসি ওঝাশিংনা খঙনবা হোৎনগদবনি। ওঝাদি পাউতাক্ পীবা, ঙাংনবগীদমক্ ওইরোইদবনি; ৱাকৎশিংবু নৌংথিজনা তাবীবা ঙম্বা মীওই অমসুং ওইগদবনি।

---

তরেৎশুবা পন্দুপ।

# করম্না এডল্ট লার্নরশিংনা তম্নিংবা পোক্কই ঃ

এডল্ট এডুকেসন্ প্রোগ্রাম্গী লার্নরশিং অসিদি মপুং মরৈ ফারবা মীওই ঙাক্তনি। চহীরোম্দা য়েংবা তারগনু ওঝা অদুগা মামবা নত্রগা মঙোন্দগী হেন্না হন্ৱা মীওই ঙাক্তনি।

কায়িরজরবস্থ অমদি-ইবা-পাকা ঙম্জদ্রবস্থ মখোয়দি মতিক্ চানা ঙাম্ লৈরবা অমস্থং মখোয় মখোয়গী শিন্কম্দা হৈ-শিংলবা ঙাক্লনি। লৈবাক্ অসিদা থোক্লখিবা থৌদোক্ রাথোক্ কয়া অমদি কলাবিদ্যাগী লমদা ঐখোয়দগী হেন্না লৌশিং লৈরবা মীওই ঙাক্লনি মখোয়দা তরাই-তরাইনা, থক্সি-থাশি মাইদবা রাহৈ-রাতা শিজিন-নবা য়ারোই। মতম্ লৈকখিবীক্লা ব্যাবহার অমদি ইকায়খুম্নবা উৎকদবনি। ঐখোয়না মখোয়দা তাক্পীবা ঙম্নবস্থ অতোপ্পা হীরম্ থরদদি ঐখোয়বু তাকপীবা ঙম্বা য়াই। লৌউ-শীংউবগী মরম্দা চহী কয়ামরুম্ লৌশিং-জ্ঞান্ ভুংশিন্দুনা লৈরবা মীওইশিংদা মমাংঙৈদগী হৌনা চংনরক্লবা লৌউ-পথাপ্ অদুদা ঐদি লাইরিক্ হৈরবনি হায়দুনা অমুক্ তাক্শিন্দুনা কাম্নবা পুরক্পা কৈদৌঙৈদস্থ ঙম্-লোই। অসিগুম্বগী লমদদি অনৌ-অনৌবা মখোযনা খঙদ্রি উদ্রিবা মথল্গী লৌউ পথাপ্ তাক্পিবনা হেন্না কাম্নগনি, অমস্থং মখোয়নস্থ হেন্না পাম্গনি। ওঝা ওইরিবা মীওই অদুদি করিগুম্বা-কান্দনা ওঝা ওইবা অদুগা করিগুম্বা কান্দনা লার্নর-শিংনা পীরক্পা মত্ অদু হন্নাওনা য়ান্নীবা অমস্থং পুক্নিং চঙনা থম্ন-নৈনবীবা ঙম্বা মীওই অমা ওইগদবনি। মবম্ অসিনচ ★"এডল্ট এডুকেসন্গী সেণ্টরদি থৌদোক্-রাথোক্ কয়াগী থম্ন-নৈনযম্ ওইবা য়াবা মফম্ অমা ওইগদবনি।" ওঝা ওইরিবা মীওই অদুনা সেণ্টরদা লাক্লুনা তম্নরিবা মীওইশিং অদুবু থাজবা থম্বা ঙমদ্রবা অমস্থং সেণ্টর অদুদা চাং নাইনা লাক্হন্নবগী থৌনা পীবা ঙমদ্রবা মহাক্ অদু ওঝা ওইবদা মতিক্ চাদ্রবনি। সেণ্টরদা তম্গদৌরিবা হীরম্শিং অদু মখোয়গী পুন্সিদা থেঙনরিবা দরকার ওইবশিং অদুগা নক্লনা মরী লৈনহল্লবতদা মখোয়না সেণ্টরদা

লাক্লিংগনি অমম্ভং খল্ল-নৈনবশিংদা হরাওনা থব্বায় য়াওনা তাগনি। খুদম ওইনা পন্‌বা তারবদা; কালেন্‌গী মতম্‌দা খুঙ্গং অমদি চীংদা লৈ-রীবা মীওইশিং অয়াম্বা মেলেরিয়ানা নাত্তুনা খুদোং-থীবা অমদি অৱাবা কথা থেংনরি। অসিগুম্বা অৱাবা খুদোং-থীবশিং অসি থোক্তুনবগীদমক্ লায়না অসি কাংনা তোয়না চৌকৃপ-দগী থোক্‌লকপনি, কাংনা চৌক্তনবগীদমক্ ঐখোয়না তুম্বা মতমদা অফবা কাংখন থন্‌গদবনি, শা-যন্ ওক্-য়েন্নচিংবা লোইবা ইমুংদদি য়াৱিবমথে সন্ধ্যা য়াচংবদা কাংমৈ খুদোক্‌পিগদবনি লোয়ননা য়ুম্‌গী অকোইবদা "Malariol" গুম্বা থাও চাইথোক্‌পিবা নত্রগা "Odomus" গুম্বা থাওনা হক্‌চাংদা তৈবীগদবনি। কৱিগুম্বা লায়না অসিনা নাত্তুনা অরূম্ হোৱা থেংনরবদি 'কোরোকুয়াইন্" গুলি অসি তোয়না চাবিগদবনি। অম্মুম্ তোৱথদি কাংনা চৌক্তুনা নানিংঙাই মবম্ অমদি নারফাওবদা লাইনা কন্‌বা ঙম্মৌ হ্ যবন-চিংবা থঙ্ হন্‌বা তায। মরক্ মবক্তুম্ মতম্-মতম্‌গী ওইবা লায়না কয়াগী মরম্‌দম্ মেডিকেল্ বিভাগতগী পাঙতাক্ কয়া লৌবাত্তুনা মখোয়দা ভাব্ তাহন্‌বা অসিমু মখোয়গা তম্নীংবগী মচাক্ অমম্ ওইগনি।



নিপালগুবা পন্দুপ।

# ওঝা অমা ওইবগী থৌদাং।

মথক্তী লমায়শিংদা ওঝা অমা ওইবগী থৌদাং খরদি মতাং মতাংগী ওইনা পঞ্জখ্রে। অদুবু মখা তানা খরগা অমুক পাকৃথোক চাউথোক্লা নৈনদুনা য়েংসি।

১। এডণ্ট এডুকেসন প্রোগ্রাম্দু মায়পাক্লা পাংথোকৃপা ঃ—

ওঝা ওইরিবা মীওই অমা থৌরাং অসিবু মায়পাক্লা পাংথোক্তুনা মীপুমতিংনা কান্নবা পীগে খল্লবদি মথাগী মচাক্ খরসি খঙ্জিন্বীবা দরকার ওই।

(ক) থৌরাং অসি হৌদ্রিঙৈদা পাঙথোক্দোরিবা মফম্ (কম্যুনিটি) অদু মশক্ মুন্না খঙ্দোক্লা কোয়না চত্তুনা য়ুমকোক থীদোকৃপা তাই; হায়রদি লমদম্ অদুদা লাইরিক্ হৈব-হৈতবা চহী ১৫ গী মখাদা অঙাং কয়া লৈ; চহী ১৫ অমসুং মসিগী মথক্তা লাইরিক হৈবা-হৈতবা নুপা-নুপীনা কয়া লৈ; লাইরিক হৈবা থবক তৌদ্রিবা নুপা-নুপীনা কয়া; মশাগী লোচা লৈজবা অমসুং লৈজদবনা কয়া হায়বনচিংবা দরকার ওইবশিংবু হান্না খঙ্দোক্লবা হোৎনগদবনি অমসুং ইশিন্দুনা থম্গনি।

(খ) সেণ্টর হাংগদোরিবা মফম্ অদুগী মীওইশিংগা (লাইরিক হৈবা-হৈতবা) পুন্না থৌরাং মসিগা মরী লৈননা খন্না-নৈনবা মীফম্ অমা পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি। মতাং অসিদা সুপরভাইজরশিংসু শরুক্ য়াহনগদবনি।

(গ) ওঝা ওইরিবা মীওই অদুগী থবক থৌরম কয়াদা মতেং পাংনবগীদমক্ লমদম্ অদুগী মচিন্ চৎগা মীওই য়াওনা "Local Adult Education Committee" অমমম্ অথঙ্-অহৈ কয়াগা তাম্নদুনা শেম্গদবনি।

(ঘ) তম্গদৌরিবা মীওইশিং অদুদা মরুপ ওইবগী মতৌ, নুংশিবা অমসুং থাজবা লৈহন্গদবনি।

(ঙ) থৌরাং অনিদা শরুগ য়াওবা অমসুং য়াওদবা মীওই খন্দোক্পা ঙম্গদবনি। হেক্ যাবিবমথৈ মীযাম্না অমত্তা ওইবগী মীয়েংনা য়েংদুনা মীয়ামগী স্বথদা থবক তৌবা ঙমগদবনি।

(চ) লানর্বশিংগী খুদোংচাবা য়েংদুনা সেণ্টর অদু লৌংগদবনি। সেণ্টর অদু স্কুলদা মীযামগী ওইবা শঙদা, মাগুবতা নত্রগা কনাগুম্বা মীওই অমগী অযাবা মতুং ইন্না মফমচাবা অমদা হেক্তা ওইবা য়াই। অসিগুম্বা খুদোংচাবা মফম্ অসি ফংনবগীদমক্ ওঝা ভুনা হোৎনগদবনি।

(ছ) ওঝা অদুনা সেণ্টর অদুগী লাকখিবা অমসুং চঙ্খিবা শেনফম্ খুদিংমক্ চাং নাইনা থুগদবনি। মহাক্না সেণ্টর অদুবু য়েংবা লাক্লিবা সুপরভাইজর অদুদা য়েংহন্নবগীদমক লানরশিংগী কারকপা অমসুং কারক্তবা মীশিং অমসুং নোংমা নোংমগী লৈনখিবা শৌরমশিং অদু কাওদনবা ইশিনবা মহাক্কী মথৌনি।

(জ) করিগুম্বা লানর্বশিংগী মরক্তগী তোয়না কারক্তবা মীওই য়াওরম্লবদি মীশক্ অদু খঙ্দোকপগা লোয়ননা মযুমদা চত্তুনা মহাক্না কারক্তবগী মরম অদু মুম্না হংদোকপীরগা অৱাবা খুদোংথিবশিং অদু কোক্লবা শীন্বীগদবনি।

(২) **ইবা পাবা হৈহনবা অমসুং হৈনিংহনবা পোকৃহনবা :**

নোংমা নোংমগী শুত্না অফংবা পৈশ থরনা চবা নোংথম্বিবা মীচম প্রজা ঐখোযনা অশুক রানা হিংলিবা করিগনো ? হিংননবগী লানফমদা লেপ্পা লৈতনা থেংনরিবা. নোংমতসু অফবা ফিজোল অমা ফাওবা শেত্তুনা, অহাউবা এঙ্গাং অমফাওবা চাবা ফংদনা হুমাং তাবমখৈ শুজরবসু অরাবা কযাদগী নাম্বোক্তুনা চেনবা ঙমদ্রিবা অসিগী মরুদী ঐখোযনা ল'ইরিক ময়েক খঙহৌউহৌদবননি। ঐখোযনা রানা শুজ নোমজববসু ঐগী ফংফম থোকপা শেনফম্না অসিনি, নঙোন্দা পীফমথোকপা শেনফম্না অশুক্লি হায়দুনা শেংনা পুথোক্তুনা উংপা ঙমদবা অসিনা মরম ওইদুনা ঠীকাদারশিংনা শেঞ্জাও পাযবা মীওইশিংনা খুদোংচাবা লৌদুনতা লাক্লিবনি। ঐখোযনা ইবা-পাবা হৈবল্লবা অমসুং অঙ্কগী জ্ঞান লেরনবা দুকান্দারশিংনা, কারবাররালাশিংনা অমদি সবকারগী কর্মচারিশিংনা ঐখোযদগী নমথাক তৌদুনা লৌরিবা খুদোংচাবা কয়াশিং অসি লৌবমলোই। দরখাস মচা অমা ইবগীদমক, চিঠী মচা অমা পাহনবগীদমক মাঙোন্দা হায়জরুবগী মরম, পোৎ লৈবা চৎপদা দুকান লাম্মা চংলুবগী মবম অমসুং গাড়ী লাম্মা তোংলুবগী মরম কয়াশিং অসি লাইরিক হৈতবগী দোষনি। মরম অদুনা ঐখোয়না রাবিবা, থেংনরিবা খুদোংথীবশীং অদু কোকহম্নবগীদমক্ লাইরিক তমদুনা ইবা-পাব অমসুং অঙ্কগী লৌশিং লৈতবা য়াদে। অসুম্ তৌনা ওঝা ওইরিবশিং অদুনা তাকপীদুনা মখোয়দা খঙহনবা তায়। মখোয়বু ইবা-পাবা ঙমহনলবা মতুংদা অইবা লাইরিক কয়া হায়বদি লৌউশিংউবগী, লায়না কয়াগী, শেল তুঙশিনবগী, অঙাং ওইনা লুহোংবনা অমাঙবা থোকহনবগী, অউনপোৎকী চংনবী

অমসুং অন্ধবিস্বাসকী ৱাখলনা সমাজদা যাওনবা পুরকপগী হীরম কয়ামরুম য়াওব' লাইরিক কয়া পাইন্দুনা নত্রগা পাথোক-পীদুনা মখোয়গী বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎলকবা হোৎনবীবা ওঝা অদুগী তৌদবা য়াদ্রবা থৌদাংনি। মরু ওইনা হায়রিবা খুদোংচাবা ময়ামশিং অমসুং জ্ঞান লৌশিংশিং অসি নুপী ওইবা মীওইদনা হান্না কান্নবা পিবা দরকার ওই। মরমদি ঐৎখোয়গী নুপী অয়াম্বনা হায়রিবা হিরমশিং অসিদা নৈনদুনা মখোয়না থেঙ্নরিবা খুদোংথিবা অৱাবশিং অদু মশা মতোমতা মাইয়োক্নজবা ঙমদে অমসুং নৈনজনবগী মতমসু মখোয়না ফংজদে। লায়রবা অমদি লাইরিকী জ্ঞান ৱাৎপা মরমনা মখোয়গী মশা নাদ য়েক্তনা লৈবা অমসুং মমল হোংবা মচনশুবা চিজ্জাক খন্দোক্নুনা চানবা শেমজবা ফাওবা হৈজদে।

(৩) লানর্রশিংগী শেনখুমগী ফিভম ফগৎহন্নবগী থৌরাং :

ইমুং মনুংগী পোৎলুম্না নল্লবা শেন্থোক ৱাৎলবা লানর্রশিংদা মখল কয়াগী মতেং পীদুনা মখোয়গী অৱাবা খরমথৈ কোকহন্নবা হোৎনবীবা তাই। শেনগী কান্নবা য়াওদ্রবা, মখোয়গী অৱাবা কোকহনবা ঙমদ্রবা থৌরাং অমত্তসু মখোয়না য়ানিংদে। মরম অসিনা মখোয়বু মতীকচানা তাকপীদুনা কান্নবা অসি ফংহন্নবা হোৎনগদবনি। অদুবু মখোয়গী ইমুং মনুংগী অৱাবা কোক্লনবনি হায়দুনা শেনগী মতেং ওইনা হেক্তা খুদক্তা পীগদবদি নত্তে। মখোয়না নোংমা নোংমগী থেঙনরিবা অৱাবা খুদোংথীবশিংদুগা মরী লৈনবা পাউতাক পীবীবা অমসুং মদুগী লম্বেল তাকপীবা অদুবুনি। পেনগী মতেং য়াম্না পীরগসু মখোয়গী থেংনরিবা অৱাবশিং

অঁতু হেক্তা কোকৃপা ঙম্ব্া হাযবস্তু ঙমদে। শেল শিজিন্নবগী জ্ঞান লৈত্রিবা, করম তৌরগা শেল ফংগনি ; শেল তান্নবগী লম্মেল কদোমদা লৈ ; হায়বা খঙদ্রিবা মীওইদা শেনফম্ কযা অমা থাদরগম্থ কান্নবা ফংবা ঙল্লোই। মরম অসিনা ঐখোয় ইশা ইশানা থেংনন্নিবা অৱাবা কয়া অসি বোরবগী অমত্তা ঙায়রদা উপাইদি ইশানা ইশাবু হৈশিংবা জ্ঞান লৈবা মীওই অমা ওইহনবা তাবনি। মতাং অসিগী মরী লৈননা ঐখোয়না তোযনা থেংনরীবা খুদম অমা পঞ্জগে। কনাগুম্বা লার্নর অমগী মচা অমা ডাইরিযানা নাবে হায়না খল্লসি। মহাক্তি অনাবা অতু কোকৃবা উপায় অতু খঙ্দবা মবম্না মনাক নকপা কৈরোয লৈকায়গী ডাক্তর অমদা পূতুনা যেংহনলুবে। ডাক্তর অতুনা অঙাং অতুগী মশা পাযদুনা যেংফম থোকপা যেংলগা চে মচেৎ অমদা হীদাক মমী' মঙা তরুক্ ইতুনা পীরক্রগা, হিদাকশিং অসি লৈরগা চাং নাইনা পীথকউ, কৈশু তৌবোই ফজখিনি হাযরগা থাদোরক্লে। ইরক্লিনা হিদাকশিং অতুদি লুপা ৫ দগী হেনবা ঙাক্তনি। মসি লৈবদা যামদ্রবদা লপা ৪০ মুক্তি চংবা তাই। মসিগী মথক্তস্ত ডাক্তরগী অযেংমন লুপা ২০ মুকস্ত হান্না লৌপ্রবনি। কনাগুম্বা অবৈবা মীদদি মসি কৈস্ত লৈতবা শেনফম্ ওইরম্বা যাই। লৈজদবা মীওই অমদদি লুনা থোকনি। অস্তুম তৌতুনা অঙাং অহুম মরী মনম্ মনম্ নাশিল্লকৃপা যাওরক্লবদি তক্ষব মচা চাজবা নত্রগা নোংমগী তান্দুনা চাজবা মীওইশিংগী ফংলক্লিবা শেনফম্ অতুদগী লুপা ২০০/ ৩০০ দি অরেম্বদা চৎখিবা তাবনি। অঙাংশিংবু ঈংহনবা, চাং-নাইনা পীজ-পীথক তৌবীবা অমস্থং অরুম্বা ঈশিং শিজিন্নহন্দবা মরম্না খোঙ্ হাম্বগী লায়না অসি থোকপনি খঙলম্বা তারবদি হীদাক লৈবদা তীঙ্গদবা শেনফম্, ডাক্তরদা পীখিগদবা শেনফম অরেম্বদা

চৎলমরোই। অতোপ্পা মরম অমনা ;- তোয়না অরেপ্পা লৈতনা হায়ল্লিবা অমাংবদা থুম অমস্থং চিনিগী শারুক অসি হেন্না চৎথিদুনা অঙাংগী মশাদা পথবা অমস্থং চোকথবা লাকপা হায়বা মাংখিব্রা থুম অমস্থং চিনিগী শরুক অসি হনজিন্নবগীদমক মপুঙ্ ফানা শোইনশবা ঈশিংদা চিনিগী শরুক্কা থুমগী শরুক্কগী খরা হেন্না হাপ্পীবগা তোয়না তোয়না মাগী মখোঙ হাম্বা লেপত্রিবা ফাওবা পীথকপা তাই। মসিবু রি-হাইড্রেসন তৌবা কৌই হায়বগী মতীকচাবা জ্ঞান লৈরম্লবদি তিংখিব্রা শেনফম মথৈ কনবা ঙমলমগদবনি। ডাক্তরদা অমদি হীদাক্ লৈবদা পীখিব্রা শেনফম্ অদু তুংশিন্দুনা থনম্লবদি ইমুঙ-মন্নুঙগী শেলথুমগী অৱাবা লৈরিবসি খর মথৈদি কোল্লমগনি। অস্তম্না নুংতিগী থেংনরিবা খুদোং-থীবশিং অদু খরমথৈ হন্থনবা, মতীকচাবা পাউতাক পীবীবগা লোয়ননা থবক্ ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবীগদবনি। মখোয়গী পুন্সি নুংশাংনা হিংননবা অমদি হকচাং ফনা নাদ-য়েক্তনা লৈননবা ডাক্তর অমদি হেলঠ বার্কর কয়াগী মতেং লৌবীদুনা মখোয়দা পাউতাক কয়া পীহনগদবনি। মখোয়গী মচা মশুশিংদা মখল কয়াগী লায়নানা নাদনবা হীদাক লাংথক মতম্ মতম্গী ওইনা কাপ-থোকহন্নবা কননা হোৎনগদবনি। মরক মরক্তা গ্রাইফ-য়ুম্বালগা মরী লৈনবা লম লমদা চত্নুনা উৎপা য়াবা সিনেমা (ডোকুমেণ্টরি-সো ) কয়া উত্নুনা মখোরবু খুদোংথীবা লায়না কয়াদগী অমস্থং তীঙ্গদবা শেলফম্ কযাদগী কনম্নরা -ভুঝা ওইরিবা-ওইরিবী অস্তুনা পুক্কচেল শেংনা হোৎনবীবা দরকার ওই। অস্তুম্ তৌরবতদা মুয়োম্লগী শেল-থুমগী লমদা লৈরিবা তৱাবা কয়া অদু খরমথৈদি কোক্ হনবা ঙমগনি। অসিগুম্বা মখলগী কাম্নবা পীবা অসিবুনি এডল্ট এডকেসন প্রোগ্রামদা "Economic Benefit" হায়রিবসি।

---

কম্পাপল শুরা পন্দুপ।

# এডল্ট লার্নরশিং অমস্তুং মোটিভেসন্

এডল্ট লার্নরশিংবু ইবা-পাবা তম্বীবা হায়রবসি অরায়বা থবক্ নত্তে। স্কুল, কলেজশিংদা তন্নীবা খুতম্বীগী নিয়ম পুশিন্দুনা তম্বীবা য়াদে। মখোয়দা তম্বীগদৌরিবা খুত্তম্বী অসিদি ইতোপ তোপ্পা ময়ামগা মান্নদবা মওং অমনি। মখোয়বু নীংথিজনা অমস্তুং মমুৎ তানা হৈহনগে হায়রবদি মখোয়গী ৱাখল অমদি অপাম্বা খঙদোকপা দবকার ওই। মখোয়দা অ, আ; ক, খ হায়না হৌতুনা তম্বীবা তাববদি ইকায়বা, হঙ্গোইবা পোক্লকপদগী মমৈথংদা সেণ্টরদা ফাওবা লাক্তবা য়াই।

এডল্ট লার্নরশিংদি অঙাংগী ৱাখলগা চাংদম্নবা য়ারোই। মখোয়দি ইবা-পাবা হৈত্রবস্থ মবুদ্ধি-মরৌশিংদি ৱাত্তনা লৈরিবনি। মরম অদুনা ওঝা অদুনা লার্নরশিংগী হৈনীংবা পোকদবা হীরম কয়াদা তম্বী তাকপীদুনা ভাব তাহল্লবা মতুংদা ইবা-পাবা তম্বীবা য়াই। খুদম খরা অমুক নৈনদুনা য়েংশি।

(ক স্কুলদা অমদি অতৈ মহৈ তমফম্ শঙদা লাইব্রিক্ তম্লুবগা ঐখোয়না লাইব্রিক তম্বা লোইরে হায়বা য়াদে। মহৈদি তম্বদা লোইবা নাইদে অমস্তুং তম্বদা থেঙবস্থ লৈতে। মহৈ হৈতবা মীওইদি চাওখৎ থৌরাং কয়াগী থবক্তা খুরৌচেবা ওই। অয়াম্বা মীওইশিংনা লাইব্রিক / হৈহৌদবদগী সরকারনা মীয়ামগীদমক্ পীরকপা মতেং কয়া লৌবা হৈতদুনা অরেম্বদা

মাংহল্লী। খুঙ্গংগীদমক লায়রবা ইমা-ইবেন, ইচিন-ইনাওশিংগীদমক পীরক্লিবা শেলগী মতেং ক্রয়া খুণ্ডদবা মরম্না কর্ম্মচরিশিংনতা, সাঙ্গ লৈবা মীওইশিংনত্তা কাম্নবা লৌরি।

(খ) ইশাগী দায়ত্ব, ইশাগী আধিকার মশক খঙদবা অমসুং লাইরিক হৈদোদবনা মরম ওইদুনা রাজানীতি ৱালাশিংনা, শেঙ্গাও পায়বা মীওই কয়ানা ঐখোয় মীচম প্রজাশিংদা উৎ-চায়দুনা মখোয়না শক্লোন্ কয়া শাম্নরিবা।

(গ) লাইরিক্ হৈহৌদবদগী ইচা ইশু কয়া নারক্লিবশিং অদুগী লাইওং খঙদবনা ডাক্তরনা অমদি মাইবশিংনা শেন কয়া লায়না লায়না লৌদুনা ইমুণ্ড-মনুঙগী শেল থুমগী ফিভম কয়া শোম্থহনলিবা।

(ঘ) ধর্ম্মদা অমদি চৎনবীগী থৌরম কয়াদা কা হেন্না থাজরুবদগী শেন অমদি মতমদা হেন্না মাংহনখিদুনা অতৈ জাতি শীংদগী শোত্থনা লৈহৌরিবা মরম ময়ামশিং অসি লাইরিক হৈতবদগী থোকপা দোষনি। মরম অদুনা ঐখোয় লাইরিক হৈতবা য়াদে হায়বনচিংবা মখল কয়াগী হৈনীংবা পোকহন্নবগী মচাক্ ( Motivation ) পীদুনা ভাব তাহনগদবনি।

## এডল্ট লার্নরশিংগী পুক্নিংগী অপাম্ব থরাঃ

(১) লার্নরশিং অসি অঙাং নত্তে। পীক্লিবা অঙাংশিংদগী হেন্না ৱাখল লৈবনা ইকায়বা অমসুং ইজ্জৎ মাঙনবগী মরম য়াওহনবা য়াদে। মখোয়গী ফীভমশিং মীমাংদা উৎথোকপা মখোয়না পামদে। মরম অদুনা, কৈদৌউঙেদম্ব ব্যবাহার য়াওদবা ৱাহৈ থক শিজিন্নরোইদবনি অমসুং নমহাদুনা চৈরাক্ কনসিবা তৌরোইদবনি।

(২) মখোয়না ইবা-পাবা ঙমদবদি য়াই। অতুম ওইনমক্ মখোয়দি লাইগু খঙই। মরম্ অদুনা থবক খুদিংমক্ত অকিবা লৈতে।

(৩) চৎথরক্লিবা থবক্কী পোৎলম্ পোমমিৎ নীংথিনা খঙই অমম্বং জ্ঞান তাই। তৌইগুম্বম্বং মখোয়গী ৱাথল অমম্বং মরোশিং অদু মীমাংদা নীংথিনা ফোংদোকপদি ঙমদে।

(৪) এডল্ট লার্নরশিংদি ইচম্ চম্বা ইবা-পাবগী মহৈ তম্বীবদগীদি থবক্কা কোম্বনা তম্বীবা মহৈনা হেম্না পাম্মী।

(৫) মখোয়দি তাক্লক তাক্লকপা খুদিংমক খঙবা থুই অসিগী মতিক কাউবম্ থুই।

(৬) মখোয়বু তম্বীগদৌবিবা ওঝা অদু মতীক চানা খঙহৈরবা মীওই অমা ওইহন্নীংই। মতীকচাদবা মীশক অমবু মখোয়গী ওঝানি হায়বদা ইকায়বা পোকচে।

(৭) চহী য়াম্লবা অমম্বং লৌশিং কয়া লৈরবা মরম্না মখোয়দা অনৌবা তম্নীংঙাই লৈত্রে হায়না খল্লী।

(৮) চহীগী খেম্নবা লৈতনা মী খুদীংমকপু চপ মান্নবা তিম্নবা মখোয়না পাম্মী।

(৯) মখোয়দি ধর্ম্মবু য়াম্না থাজে। মরম অসিনা ধর্ম্মদা শিঙনবা মখোয়না শাউই।

(১০) এডল্ট লার্নবশিংদ মখোয় মখোয়গী কান্নবতা খন্দুনা অয়াম্বা মতমদা লৈ। মখোয়গী ফীভম ফগৎনবগী ৱারী কয়া মখোয়না তোয়না তাবা পাম্মী।

অসুম্না লার্নবশিংগী পুক্নিং খঙদোকপনা থৌরাং অসি চম্থবদা অপনবা থোক্নীংঙাই লৈতে।

**লার্নরশিংগী মথল:**

থৌরাং অসিগী অমসুং লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী মথুং ইন্না লার্নরশিং অসি চাউরাক্লা মথল মরী থোক্লা নৈনবা য়াই। মথোয়শিং অদুদি:

(১) লার্নরন ইন্ আর্বান স্লমস
( Learners in urban slums )

(২) লার্নরস ইন্ রুরেল এরিয়াজ
( Learners in rural areas )

(৩) বুমেন লার্নরস
( Women learners )

(৪) লার্নরস ফ্রোম্ বীকর সেক্সনস অসিনচিংবা অসিনি।
( Learners from weaker sections )

**(১) লার্নরস ইন আর্বান স্লমস:**

আর্বান স্লমসদা খুনদাদুনা লৈররিবা মীওইশিং অসিদী অথাপ্পা লোইজিং লোইয়াশিংদগী, অতৈ অতোপ্পা অপীকপা টাউন কয়াদগী মথোয়গী শেল থুমগীদমক্ অমসুং থবক্কীদমক খুদোংচাবা থিদুনা লাক্পা মীওই ওাক্কি। মথোয়শিং অসিদি নোংম-নোংমগী হাতে হাতে তাম্নুনা চাজবা, শুফম্ চাফম্ লৈমন্দবনা ময়াই কাবা পোৎ কয়া য়োল্লক্কুদা চীংননবগী লম্বেল থিয়কপা লায়রবা মীওই ওাক্তনি। "স্লম" হায়বা বাহৈ অসিমক্না তাক্লিবদি, লমদম অদুদা লৈরিবা মীওইশিং অদুনা মরম্ ওইদুনা পাথী-কোমথী, অপুম-অশা কয়ানা থল্লবা, থক্নবা অফবা ঈশিং মরাং-কায়না কংদবা, য়ুমলৈ কৈরৈ মওং তাদনা, হাইজিন অমসুং সেনিতেসনুগী বাখল য়াওদনা

লৈরবা মী কুওনা তাবা মকম অতুবুনি। লমদম অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিদি রাজনীতিদা, সমাজিকী অমসুং অর্থনীতিগী লমদা অমদি চাওখৎ থোরা.গী রাখল কয়াদা শোথরবা নৈহৎ তুহৎ-পীরবা মরায়বক থীরবা মীওইশিং ওাক্তনি।

মখোয়দি নোংম-নোংমগী হীংনবগী লানকমদা মায়থীরকপগা লোয়ননা সমাজদা লৈরিবা অতৈ মীওইশিংনা তুক্কৎচবা, হঙ্গোয়বগী রাখল লাক্লবা অমদি সমাজদা মাগী থৌদাং করিনো? মা করি তৌবা তাই; হায়রবা কাওবা খণ্ডিজিল্লক্তবদগী মমৈথংদদি সমাজদা চাউরবা য়েক্লবা ওইবকপা য়াবগী খুদোংচাবা নক্লা লৈরবা মীওইশিং ওাক্লি। মখোয়বু সুংশিবীবগা লোয়ননা মখোয়গী অবাবা ফিভমশিং অসি মুন্না য়েংশিনবীরবদি অহোংবা পুরকপা য়াবগী খুদোংচাবা লৈত্তবদি নত্তে। মতাং অসিদা ওঝা ওইরিবশিং অহুনা অকুপ্পা মীয়েং চিংশিন্‌বীহুনা মখোয়বু ভাব তাহন্‌বগা লোয়ননা সমাজদা মখোয়বু পুথৎপীনবা হোৎনবীগদবনি।

(২) লান্'রস ইন রুরেল এরিয়াজ :

রুরেল ( খুঙ্গং ) গী লমদা লৈরিবা মীওইশিং হায়রদি (ক) লৌদি লৈজবা চাবা কোম্নবগী য়াংমদা লৈবা অমসুং (খ) লম লৈজদবা খুৎনা শুহুনা চাজবা মীওইশিংবু নম্না খণ্ডনৈ। মখোয়দি নোংজু-মুংশা খাক্তনা অবেপ্পা লৈতনা শুজ নোমজরবসু লায়রবদি কোকহনবা শুমদে। চহী কয়া খুদোংচাবা কয়া ফংহন্দনা নমথহুনা খমলুবগী ফল ওইনা ওসিদি শেৎপা চাবা নীং-থুংদনা, য়ুমলৈ কৈরৈ মওং তাদনা লৈমল্লিবসিনি। মপুন্সিদা শুহুনতা লাক্লবা কাওবা অসিদা চাবা নাম্মা চাবা কংজিনলক্‌্‌বা, মচা মশুশিংবু য়াইকনবগীদমক

থনবা ওমশিনলক্ত্রবনি। অসিগুম্বা কযা অসিনা মরৈথংদা সমাজগী য়াইফনবগী থৌরাং কয়াদা অপনুবা লৈরকপনা এডল্ট এডুকেসনগী থৌরাংনা মথোয়বু মতীকচাবা লৌশিং জ্ঞান পীবত নত্তনা শেন্দান লম্বেল শেম্বীগদৌরিবনি।

খুঙ্গংগী লমদম অয়াম্বদা মীওই থরা লৈ। মথোয়না খুঙ্গংদা চম্না পুন্সি লেঞ্জরিবা মরায়বক থীরবা ইচিন-ইনাওশিংবু মতম্ অয়াম্বদা নামথদুনা থম্নবগী খুদোংচাবা তত্তনা লৌরি। মথোয়না খুঙ্গংগী ইচিন-ইনাও কয়াবু ইবা-পাবা হৈহন্দুনা লাইরিক্কী জ্ঞান লৈহনবা পামদে। মথোয় অদুদি ঃ

(ক) লমদম অসিদা ঐনা মহেল্লবনি, ঐনা লাইরিক হৈরবনি, ঐদি শেল পায়বা লৌয়াম চাবা, ইনাক-খুনবা মীওইনি অমসুং ঐবু লাকচবীনবা মীওই লমদম অসিদা পোক্তি হায়না থললিবা মবুক কংলবা, মবুক নোয়রবা লায়রবশিংদগী ঈ-চুপ্তুনা শেন্দোয় চাউনা চাউনা লৌদুনা হীংলিবা ইনাক্ খুনবা মীওইশিং ;

(খ) মীনা মশক থরদি খঙনরবা, লৈবাক্কী য়াইফনবনি হায়দুনা প্রজাগী মীংদা খুদোংচাবা লৌদুনা মযুম ইথোল লেপ-সিললিবা, মচা মগুশিংদি শোয়বা য়াদে হায়দুনা ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার ওইহন্নবা শীল্লিবা, ভোৎকী মতমদনা কপশিন লাউশিন্নদুনা লৈরক্ কোন্সাংদা মীগী মনীং ময়াদা মাইক্ পায়দুনা লাউ-থোংদুনা চৎলিবা রাজনীতিবালাশিং;

(গ) সরকারগী চাওরবসু পীক্রবসু থবক মচা অমদি তৌজরবা, ঐদি সরকারগী থবক তৌরিবনি, ওফিসার ওইরিবনি নথোয়গা ঐগা চাংদমম্নবা য়ারোই হায়না নাপল তৌদুনা খুঙ্গংগী থৌদোক রাথোক কয়াদা লৈথোক্তনা লৈরিবা অমরোমদনা খুঙ্গংগী চাওথং

থৌরাং কয়াগী কায়থোকরক্লিবা শেনফম্ কয়াবু খণ্ড্‌হন তাহন্দনা লৌথোক্তুনা ময়ুম মকৈ, ফুরা দলান শাতুনা; জিপ, কার লৈথোক্তুনা নুংঙাইনা লেল্লিবা কর্ম্মচারিশিং অসিনি।

মখোয় মযামশিং অসিদগী থোরক্লকপা য়াবা অরাবা থুদোংথীবা কয়াদগী নাম্থোক্তুনা মিৎশিং নাশিংনা লৈননবা ওঝা ওইরিবশিংনা লমজিংবীদুনা লার্নরশিংবু অচুম্বা মাইকৈদা পুরক্নবা হোৎনগদবনি।

বুমেন লার্নরস:

কবিগুরুম্বা সমাজ অমা চাওখৎনবা হোৎনবদা নুপী ওইবীশিংগী থৌদাং অসি অস্থক্কী মতৌক চাউনা লৈ। নুপীশিংবু অচুম্বা মাইকৈদা লমজিংবীনবা অমস্তুং মাম্নবা থাক্তা থম্বীবগা লোয়ননা মশাগী দয়ত্ব মশক্ খঙনা চৎহম্নবগীদমক্ নেসনেল এডল্ট এডুকেসন প্রোগ্রামদা নুপীগী মফম চাউনা থম্লি। নুপীদি সমাজ অদুগী মীংশেম্নি। সমাজ অমা চাওথৎলে নত্রগা চাওখত্রি হায়বা খঙগে হায়ববদি লমদম্ অদুগী নুপীশিংগী ফীভম য়েংলগা লায়না খঙবা ঙম্মী হায়নবিবনি। মবম অসিনা ঐখোয়না মখোয়বু মতৌক্চানা সন্মান্ তৌবীবগা লোয়ননা মাম্নবা থাক্তা থম্বীনবা হোৎনবীবা তঙায় ফদ্রবনি।

লাইরিক্ লাইশুগী লম্দা অমদি সমাজগী মাইকৈদা শোত্থদুনা লৈরবা লৈবাক্ অসিদদি এডল্ট এডুকেসনগী থৌরাং অসি পাকচাউনা পাংথোক্তুনা মীমাম্নবা ওমহৌদ্রিবা ঐখোয়গী নুপীশিংবু লাইরিক হৈহম্নবা হোৎনবা হায়বসি মতম অসিদদি য়াম্না মরু ওইরবনি।

মতাং অসিদা ইংগ্রেজি ৱাহৈদা হায়নবা অমা লৈ। ‘If you educate a man, you educate an individual; if you educate a women, you educate a family”. অসুমতোনা “The hand that rocks the cradle rules the world” হায়না Nepolion নম্ম হায়বম্মী।

মরম অসিনা নুপীশিংবু লাইবিক হৈহন্‌বা হায়বসি সমাজ অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমকপু লাইরিক হৈহন্‌বতা নত্তন খুদিংগী লৌশিং লৈহন্নবনি। লাইরিক হৈবী নুপী অমনা মাগী ইমুং অদুদা পীরিবা কান্নবা অসিদি থাবদা লোইবা নাইরোই। মচা মশুশিংবু লাইরিক তাকপী তম্বীবতা নত্তনা মাগী ইমুং মনুংগী থবক ইনথাং কয়াদা অমদি ইমু' মনুংগী শেনথুমগী লমদা মতেং পী লোয়ননা ইমুং অমবু ইংনা মরাতপা লৈহন্নবগী মচাক্ কযাসু পীবি। মরম অসিনা নুপীশিংবু লাইবিক হৈহন্‌বা, লৌশিং, গ্গান লৈহনবতনা লৈবাক অমা চাওখৎহন্‌নদা অচৌবা মতেং পীবা ঙমগনি।

অদুবু অৱাবা অমনা ঐখোযগী নুপী চান্মগী মনুংদা মরিফুদি ধর্ম্ম অমদি অন্ধবিশ্বাসকী থাজবনা কুপ্তুনা লৈবি। মসি লাইরিক হৈতবগী ৱা ঙাক্তনসু নত্তে। লাইরিক লাইশু হৈরবা ঐখোয়গী ইরক্তসু অদুম্মক য়াওরিবনি। ঙসিগী অশুক্ চাওখৎলবা, থাবু ঐখোয়না ঈশ্বরনি থাজদুনা পুজা তৌদুনা খুরুম্নবম্মীবা অসিগী মথক্তদা কাদুনা চৎলবা যুগ অসিদা ধর্ম্মগী মিংদ অথিংবা থমদুনা থবক কয়া পাঙথোকপদা অপনবা কয়া ওইনরী। নুমিৎ ফৈ নত্ত্রগা ফত্তে হায়দুনা থম্মদুনা কৈথোকপদগী পুস্সিগী ওইনা কান্নবা কযা পীবগদবা থবক কয়া পাংথোকপা ঙমদনা য়েথোক্তুনা লৈরবনি। মতাং অসিদা তোয়না থেঙনরিবা খুদম অমা পঞ্জগে; চাউবী কৌবী ধর্ম্মবু য়াম্না কাহেম্না লাম্না থাজবা নুপী অমগা, তোম্বী কৌবী ধর্ম্মবু

অচুম্বা মওংদা থনবা, অন্ধবিশ্বাসতা থোইনা থাজরুদবা মুপী অনীথক্ লৈরে হায়না থল্লসি। মুপী অনি অসিগী মচামুপা শরু কৌবা অমগা বসন্ত কৌবা অমগা লৈ। মুপা অনি অসি মতমগী মতুংইন্না নোংমতা থবক অমমম্ ফংলে। ধর্ম্মবু চুম্না থাজবা অন্ধবিশ্বাসতা কয়া থাজরুদবা তোম্বী কৌবী মুপী অতুগী মচামুপা বসন্ত অতুদি সরকারগী হুকুম চে ( order ) গী তারিখ মতুংইন্না থবক অতুম্ কাবা হৌহনখ্রে। অতুগা ধর্ম্মদা কাহেন্না লুপ্তনা লান্না থাজরুরিবা চাউবীগী মচা শবত অতুদি মমানা ইবুংঙো ওসিদি মুমিৎ ফত্তে প্রতিবৎনি হায়দুনা বসন্তদগী নোংম চোম্বনা থবক কাহনখি। শরত অমসুং বসন্ত অনী অসিনা অমনা অমবু হেন্দবমথৈ অশুম্ চাংইনানা থবক তৌবকপসিনা মমৈথংদ। ফম কাবা য়াবগী তাঙ্গা অমা লাকখি। অনি অসিগী মরক্তা কনাদা ফম অসি পীগদগে থম্নরকপদা নোংমা হান্না কাখিবা বসন্তনা ফম অতু লৌবা তাখি। ধর্ম্মগী মিংদা মুমিৎ কৈ ফত্তে যেংদুনা লৈহৌরিবা শরতনা বসন্তগী মথাদা লৈবা তাখি। মতাং অসিদা শবতনা মমাবু শাউনীংলকখি অমসুং মশা মথন্ত নীন্দা তৌজখি। অসুম্না ঐখোয়না মরমচাদনা ধর্ম্মবু কাহেন্না নত্রগা লান্না থাজরুবা অমসুং অন্ধবিশ্বাসতা নক্না লৈরুবা অসিনা পুন্সিগী ওইবা থবক থৌরম কয়াদা অপনবা তোয়না থোকহন্দবা নত্তে।

অসিগুম্বা হীরম কয়াশিং অসিদা ওঝা ওইরিবা মুপা নত্রগা মুপী অছুনা শেংন তাকপীদুনা থওহনবগা লোয়ননা মথোয়গী মবুক মনুংগী অন্নানবা ৱাখলশিং অতু তপ্পা তপ্পা হোংদোকহম্নবা হোনবীগদবনি।

য়ুম পুদুনা, য়ুমগী অৱা মৈশা লাংলিবা মুপীশিংবু সেণ্টরদা তোয়না লাকহন্বা হায়বসিসু তরাই তরাইবা থবক্তী নত্তে। মরমদি

ময়ুমগী কুপ্পোম্ কয়াদা ; চাকথোং ফোশুদা, মচা মশু শেন্নবদা, য়ুমগী শা-যণ য়েংশিনবদা অশুন্না নুম্নিৎ চুপ্পা ঙাইহাক্তা হাংদবমথৈ থবকশুবা নুপী য়াওই। করিগুম্বা মীরোল লৈজদতা নুপী থরদি অপীকপা মচা অদু পোত্তুনা কোইচেন চেন্না হুমাং তাবমথৈ নোম্বসু য়াওরিবনি। অমরোমদা অহন লমন লৈবশিংদি মাগী মচা মমৌশিং অদুবু ধর্ম্মগী থাজবা লৈবদগী মপান থোক্তুনা মীরক্ তিলহন্নীংদবনসু অপন্‌বা ওইরি। অসিগুম্বা কয়াশিং অসিবু মায়পাক্না সেন্টরদা পুশিন্নবগীদমক্ মথোয় মথোয়গী অহল লমন-শিংদা জ্ঞান তানা ৱারী শাত্তুনা থোরাং অসিনা পীগদৌরিবা কান্নবশিং অদু শঙহন্নবা তৌবীবা অদুগা মীরোল লৈজদবশিংগীনা অপীকপা মচা মশুশিং অদু শঙহনহৌনবগীদমক্ "Creche Centre" অমদি "Balwadi" নচিংবা কয়া খুদোংচাবা য়েংত্তুনা লীংখৎপীনবা হোংনবীগদবনি। মসিগীদমক্ রাজ্য অমদি কেন্দ্র সবকারনা Social Welfare Advisory Board থমত্তুনা মীয়াম্বু মতেং পীনবগীদমক থোঙ লাওনা হাংদোক্তুনা লৈরি। খুদোং-চাবসিং অসি ফংনবগীদমক্ নুপীগী ওইবা এডল্ট এডুকেসন সেন্টর-শিংদি য়ারিবমথৈ নুংথিলগী মতমদতা তৌনবা হোংনগদবনি।

## (৪) লার্নরস ফ্রোম বীকর সেক্সন :

চহী কয়াগী মমাংদগী হৌনা "সেডুল কাস্ট" অমসুং "সেডুল ট্রাইবকী" মীওইশিং অসি নমথত্তুনা থম্বীরম্বা মরম্না হৌজিক ফাওবা চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রিবা মীওই কয়ামরুম চীংনুং মানুংদা লোইঙ্গিং লোইয়শিংদা লৈরী। অরাংবা থাক্কী জাতিশিংনা মথোয়গী থৌদোক্ ৱাথোক কয়াদা শোক্ক-শন্নবা

য়াদবমথৈ নথোয়দি অমাংবা জাতিনি হায়না ইস্লোক্তুনা থম্মীবগী চৎনবী কয়া অসি নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী হৌনা লৈহনখ্রবনি। চাওখৎপগী লমদা লমজেল তান্নরক্লবা, মী অমনা মী অমগী দায়ত্ব মশক্ খঙনরক্লবা মতম্ অসি ফাওবদা চৎনবীগী খুরবা মীৎয়েং অসিবু মপূঙ ফানা হোংদোকহন্নবা হোৎনরদা অরাবা অমা ওইরি। মথোয়দি অন্ধবিস্বাস অমদি লনাই ওইবা পীক্লবা থাখল কয়াগী কুয়োম্না কুপ্তুনা লৈখিবনা হৌজিক ফাওবা বীজ্ঞানগী চাওখৎলক্লিবা খোংজেন অসিদা শারুক য়াহন্বা ঙমদ্রি। মথোয়দি থায়নগী কান্নদ্রবা চৎনবী অমসুং মল্লবা ধর্ম্মবু কিবদগী মীয়ামগী ওইবা চাওখৎ থৌরাং কয়া পায়খৎলকপদা অপনবা, অথিংবা ইতৎ-তত্তনা থোক্লিবনি। কান্নদ্রবা, ওইরয়োইদবা থাজবা, মতমগা চুনদ্রবা চৎনবীশিং অসি মাঙহনখিবনা হেন্না ফরবনী হায়বসি হৌজিক্তি মীপুম খুদিংমক্তী থাখলদা থম্বা দরকার ওইরবনি।

মতাং অসিদা NAEP না মথোয়শিং অসিগী পুন্সিদা মুংঙাইনা হীংনবগীদমক মখল কয়াগী শিক্ষা পীনবা হোৎনরক্লি। ওব্বা ওইরিবা ওইরিবীশিংনা মতাংচানা মথোয়বু চেক্সিন্না, হৈশিংনা অমসুং মীনুংশি উৎপীবগা লোয়নননা পীরক্লিবা খুদোংচাবশিং অসি হাকথেঙননা মশা মশাদা য়ৌনবা হোৎনবীগদবনি।

———

'তরাশুবা পন্দুপ'

# সুপরভাইজরশিং ।

নেসনেল এডল্ট এডুকেসন প্রোগ্রামদা সুপরভাইজরশিংগী থৌদাং অসি অসুক্কী মরীক চাউনা লৈ। প্রোগ্রাম অসিবু নীংথিনা মায়-পাক্না চংথহনগে অমসুং ওঝা অদুনা তৌরিবা থবক্ অদু অচুম্বা মাইকৈদা পুরক্কে হায়বনচিংবসি সুপরভাইজর ওইরিবা মুপা নত্রগা মুপী অদুনা হোৎনবগী মথা য়াম্না পোল্লি। থৌরাং অসিগী মথক্তা নৈনখ্রৌবা মরুওইবা পান্দম্ অহুম হায়বদি (১) এৱ্যায়ারনেস (২) ফংসনেলিটি অমসুং (৩) লিটেরেসি হায়বশিং অসি অমনা অমদা নক্না তংনা থানবা য়াদবা মী মরী অমসু থম্লী। মীওইবগী হকচাং শেমগৎ শাগৎপদা য়াংলেন্ শরুনা মরুওইবা ঙাক্লো অমা পীবগুম্ সুপরভাইজরশিংসু প্রোগ্রাম অসিদা অকনবা ঙাক্লো অমা পীরিবনি।

ভারত সরকারনা ইং-শোক্ ১৯৭৮ গী ওক্টোবর থাগী তারিখ ২ গান্ধীজিগী মপোক্ নুমিৎকী থৌরমগা ঈরোয়নবা নেসনেল এডল্ট এডুকেসন প্রোগ্রাম্ হৌদোকখি। থৌরাং অসিনা চহী ১৫ দগী ৪৫ অমসুং মথক্তা লৈবা মীওই মিলিয়ন ১০০ বু চহী ৫গী মনুংদা কাম্নবা পাঁগদৌরিবনি। নিংশিংবা য়াবা অমনা; করিগীদমক্তা থৌরাং অসিদা চহি ১৫ দগী ৪৫ ফাওবদা লৈরীবা মীওইশিংদা হেম্না কাম্নবা পীরিবনো হায়বসিনি। মসিগী পাউখুম্ ওইনা অসুম্না পীবা য়াই মদুদি ইমুং অমদা শু-নোম্‌দুনা য়ুম্নুরেল্ ওইনা ইমুংগী ভার পুরিবসি চহী ১৫ দগী ৪৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবনা নম্মী। হায়রিবা মীওইশিং অসিবু লায়র-অনংগী থয়াক্তগী কন্দুনা চাউখৎ লম্মী

ৎনবা ইবা-পাবা হৈহন্‌বা হায়বসি ত্তগাই ফদবনি। মতাং অসিদা সুপরভাইজরশিংনা খণ্ডগদবা অমনা কান্নবা ফংগদৌরিবা মীওইশিং অদু কনা কনানো হায়বসিনি। মখোয়শিং অহুদি শন্না হায়রবদা নোংমা নোংমাগী হাত্তে-হাত্তে তাম্মুনা চাজরিবা লম্‌ লৈজদ্রবা লৌমীশিং, মখুৎ-মশা হৈশিংলবা লাইরিক্কী জান লৈহৌদ্রবা শিন্‌মীশিং, সমাজদা মশাগী দায়ত্ব মশক্‌ খঙদ্রবা নম্‌থতুনা থম্মীরবা অতোন্‌বা জাতিশিং, চীংমী ইচিন-ইনাওশিং অমসুং মুপীশিং অসিনি। মখোয়দি লায়রবনি, অয়াম্বনা চারা নাম্মা চাদুনা হীংজরিবনি অমসুং লাইরিক্‌ হৈহৌদ্রবনি। অদুন্নমক ওইরবদা মখোয়দি লৌশিং শীংই, তৌবা ঙম্বগী শক্তিসু লৈ। শেন্‌-থুমগী অমদি ইমুঙ-মনুঙগী পোৎলুম্না কম্না নম্বতুনা থম্‌থিবা মরম্না সমাজসিদা হোগৎপা ঙমখিদবনি। মখোয়বু মাম্নবা থাক্তা থমদুনা ঐখোয়সু মীনি হায়দুনা চোংথোকহল্লকপগী শাফু পীগদৌরিবা মীওইদি সমাজগা হকথেংননা থবক্‌ তৌমিন্নরিবা সুপরভাইজরশিং লোয়নবা ওবা ওইরিবশিং অদুগী মখুত্তা লৈরে।

### সুপরভাইজরশিংগী থৌদাং :

সুপরভাইজরশিংগী থৌদাং অসি য়াম্না কুপ্পা অমসুং পাক-চাউমন্‌থিবনা মতাং অসিদা মচা থায়না, মরোন্‌ শুনা নৈনজদ্রে।

### (১) এডল্ট এডুকেসন্‌ কমিটি শেম্বা :

এডল্ট এডুকেসন সেণ্টর অমদা পাঙথোকপা থবক্‌ থৌরমশিং অমুক্কী অকরবা কয়াৎ অমা লৈত্তে। সরকার অমদি মরীলৈনবা সংস্থান্‌ কয়ানা পীরক্লিবা মতেংশিং অসি য়েংশিন্‌ হোৎচিন

তৌনবগীদমক্ অমসুং অতৈ অতোপ্পা থৌরম কয়াদা মতেং পাংনবগী-দমক্ লমদম্ অতুগী থরায় য়াওবা মীওইশিং থল্লগা শেমখিবা কম্মিটি অতুদা লমদম্ অতুগী প্রধানগুম্বা নত্রগা হেথ পণ্ডিৎকুম্ববু সভাপতি ওইহনগদবনি অমসুং ওঝা অতুনা সেক্রেটরি ওইনা হাপকদবনি।

কম্মিটি অতুগী তৌগদবা থবক্ থৌরমশিংদি মথাগী অসুম্না ওইবা য়াই ঃ—

(ক) লিংগদৌরিবা সেণ্টর অতুগী চাম্নবা মফম্ থন্‌বা অমসুং য়াম্নিবমথৈ শেন্ তিংদনা চত্থনবা হোৎনবা।

(খ) ট্রেনিং পীবদা চাম্নগদবা লমদম্ অতুগী মীওইদা য়াবা লাইরিক্ লাইশু হৈরবা ওঝা থন্‌বা।

(গ) সেণ্টর অতুদা তমহন্নবগীদমক্ খুঙ্গং অতুদা লৈরিবা ইবা-পাবা হৈহৌদ্রবা শোথরবা মীওই ৩০ অহান্‌বগী ওইনা থন্‌বা।

(ঘ) এডল্ট এডুকেসন থৌরাংবু মায়পাক্না পাংথোক্নবগী-দমক্ লমদম্ অতুগী মওং মতৌ থঙ্‌দোকপা ( Survey ) দা ওঝা অমসুং সুপরভাইজরনা তৌরিবা থবক অতুদা অঙম্বা মতেঙ পীবা।

(ঙ) মরক্ মরক্তা সরকারগী নত্রগা অতৈ সংস্থান্ কয়াদগী অখঙ্-অহৈ কৌদুনা সেণ্টরদা পাউতাক্ পীহন্নবা অমসুং মিটিং মচা মচা পাংথোক্নবা হোৎনবদা মতেং পীবা।

(চ) সেণ্টরগী চত্থরক্লিবা থবক্ থৌওং কয়াদা সুপরভাইজর অমসুং ওঝাশিং অতুনা লৌরিবা থৌদাং অতুদা য়াওশিন্দুনা মীয়ামগী ওইবা মফম অমা ওইহন্নবা হোৎনবা।

(ছ) অফ ফক্তা য়েংশিন খোৎচিন তৌরিবা সুপরভাইজর-শিংগী থবক্তা মতেং পীবা অসিনি।

(২) লম লমগী ওইরিবা মওং মতৌ অমসুং লার্নরশিং অদুগী দরকার ওইবা খঙদোকপদা মতেং পীবা ঃ

সেণ্টর অদু হৌদ্রিবৈদা লমদম্ অদুগী ওইরিবা সমাজিক অমসুং অর্থনিতিক্ অবস্থ অমদি কান্নবা পীগদৌরিবা লার্নরশিং অদুগী দরকার ওইরিবশিং অদু হান্না খঙদোক্কবা হোৎনগদবনি। অসুম্ তৌরবদি সেণ্টর অদু নীংথিজনা চত্থবদা অমসুং চাওখৎ থৌরাংগী থৌরম কয়া মখোয়গী দরকার মতুংইন্না শেম্বা ঙমগনি লোয়ননা লার্নরশিংগী তম্নবা লাইরিক্ অমসুং তম্বীবদা চঙগদবা মচাক্ কয়া শেম্বদসু লায়না থোক্কনি। মরম অসিনা সুপর-ভাইজরশিং অদুনা মাগী মাগী লম লমদুগী ওবা অমদি কম্মিটি অদুনা পাংথোক্লিবা Survey অদুদা অঙম্বা মতেং পীবগা লোয়ননা হেন্না ফবা মথলগী নামুনা পুথোক্নুনা লার্নরশিংগী পুক্নিং চিংশিন্নবগী থবক্তা মতেং পাংগদবনি।

(৩) থৌরাং অসিবু মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনবা ঃ

মীয়ামগী ওইবা থৌরাং, NAEP গুম্ব অসিদি মফম শিনথুংনা শন্দোক্নুনা তাহনবা অমসুং খঙহনবা হায়বসি হান্না মরুওই। মতাং অসিদা মীয়ামগী লৌশিং জ্ঞান পীনবগী খুৎলাই অমা ওইরিবা রেডিও, টেলিভিজন্ অমসুং পাউজেল চে কয়াগী মতেং য়াম্না দরকার ওই। করিগুম্বা মফম্ অমত্তদা লেঙদনা লৈবা তাররবদি থৌরাং অসিনা য়োৗগে তাল্লিবা পান্দম্ অদু য়োবা ঙমলোই। ইম্ফালগী রেডিও ষ্টেসনন্না নুমিদাং খুদিংগী ওইনা খুঙ্গংগী লৌমী ইচিন-ইনাওশিংগী ওইবা থোইদোকপা থৌরম্ অমা থমদুনা মী কয়াদা

কান্নবা পীবগুন্না এডভান্ট এডুকেসনগী থৌরাংস্তু মরক মরক্তা নত্ত্রগা চয়োনগী ওইনা ড্রামাগী মওংদা, ৱারী ৱাতাইগী নত্ত্রগা কৱিগুম্বা মথল অমদা অকক্কবা থৌরম্ অমা থম্বা তঙায়ফদ্রবনি। মসিগীদমক্ সুপরভাইজরশিংনা মখোয়গী মথক্ থোংবা ওফিসারশিংগা তান্নদুনা শাঙ্থোক্না হোৎনগদবনি। কোয়না চত্তুনা খুদক খুদক্তা মীয়ামদা লৌশিং জ্ঞান পীবা য়াবা শুমাংলিলা, ড্রামা কয়া থৌরাং অসিগা মরী লৈননা উৎহল্লবদি হেন্না কান্নবা পুরকপস্থ য়াই। অশুম তৌরবদি, তারম-খঙলমদবা কয়া খঙলক্-উরক্তুনা হেন্না মায়পাক্কবগী মচাক্ অমা ওইগনি হায়বসি অখঙ্ অহৈ কয়াগী মত্নি।

## (৪) ওঝা ওইগদৌরিবা মীওইশিংবু ট্রেনিং পীবদা :

ওঝা ওইগদৌরিবা মীওইশিংবু ট্রেনিং পীবদা সুপরভাইজরশিংগীসু মরুওইবা থৌদাং লৈতবা নত্তে। অখঙ্ অহৈ কয়ানা তাকপী তম্বীবগী অমস্তুং, খন্ন-নৈনবগী মওং, লার্নরশিংবু অরায়বা মওংদা ইবা পাবা হৈহন্নবগী খুত্তম্বী কয়াশিং অসি সুপরভাইজর খুদিংমক্ খঙজিন্বা দরকার ওই। মখোয়সু ইচম চম্না তম্বীবদা চঙবা মচাক্ কয়া শীজিন্নবগী অমসুং ৱারী ৱাতাই শাবগী মওং কয়ামরুমশিং অসি খঙ্দ্রবদি মাগী থবক্তা অপন্থবা অমা ওইবতা নত্তুনা এডল্ট এডুকেসনগী থৌরাংবুসু মায়পাকহনবদা খুমৌ চেন্নগনি। অনৌবা লৌশিং জ্ঞান, টেক্নিক কয়া ফংবা শুন্নবগীদমক্ অখঙ্ অহৈ কয়া তান্নদুনা অমসুং মরী লৈনবা লনাই সংস্থান কয়াদা চঙ্দুনা মতেঙ্ লৌনবা হোৎনগদবনি। ইচম চম্না সুপরভাইজর ওইরবনি তলব, খরা

ফংলবনি হায়দুনা লৈথোকপা লাল্লি। ওঝা ওইগদৌরিবা মীওই অদুনা মথল কয়াগী লৌশিং জ্ঞানগী মপু ওইনবা হোৎনবগুম সুপরভাইজরশিংসু মথল কয়াগী টেক্নিক্ খঙজিনবা দরকার ওই।

(৫) লিংজুনা লৈরবা সেণ্টরশিং য়েংশিনবা :

সুপরভাইজরশিংগী হেন্না মরুওইবা থবক্কি মঙোন্দা নক্রগা মাগী মখাদা শিন্নরিবা অপুনবা সেণ্টর ৩০ অসিবু নীংথিজনা নিয়ম্ চুন্না চথবা ওন্নবা হোৎনবা অসিনি। করিগুম্বা মফম থরদদি চথোক্ চৎশিন্দা খুদোংচাদবা লৈবনা সেণ্টর ১৫/২০ ফাওবদং পীরবসু য়াওই। অদুবু পাঙথোকদবা থবক অদুদি থেন্নবা লৈতে। সুপরভাইজরশিংনা মাগী ওফিসতা তোয়না কাবগীস্থ মথৌ তাদে। অয়াম্বা মতমদা মফম কয়াদা লিংখত্তুনা লৈরিবা সেণ্টরশিং অদুদা লৈদুনা চথরকপা থবক খুদিংদা থেংনরিবা খুদোংথীবা সমস্যা কয়া অদু কোক্‌হন্নবা হোৎনবা হায়বসি মাগী মথৌনি। করিগুম্বদা থেংনরিবা খুদোংথীবা অদু মানা মাইয়োক্নবা ওমদ্রবা কান্দা অমদি মাগী পীক্‌ম থোকপা রিপোর্ট অদু পীনবগীদমক্ মথক্ থোংবা ওফিসার (P. O.) অদুদা লাক্কুনা খন্নবা মাগী মথৌনি। ওঝা অমদি লার্নরশিং অদুগা তোৎনতিন্নদুনা লৈরবতদা লার্নরশিং অদুগী দরকার ওইবশিং অদু মুন্না খঙলকনি অমসুং মখা তানা পাংথোকপদা লায়না থোক্কনি।

মথক্তা লৈনখিরবা মপূম ওইবা মীওই থরগী থৌদাং অসি খঙনা চৎপীবগা লোয়ননা অমগা অমগা মতেঙ্ পীথোক্ পীশিন্ তৌরবদা লৈবাক্কী ওইবা চাউরবা অরাবা অসি কোকহনবা ওমগনি।

তরামাথোইশুবা পন্দুপ ।

# এভালুএসন অমসুং মোনিটোরিং ।

**( Evaluation & Monitoring )**

করিগুম্বা লৈবাক্কী ওইবা চাওখৎ থৌরম্গী থৌরাং অমবু মপুংফানা মাইপাক্না পাংথোক্লবগীদমক্ চত্থপ্পিরিবা থবকশিং অদু তাঙ্কক্ তাঙ্কক্কী ওইনা অমুক্ অমুক্ হন্না য়েংশিন্-খোৎচিন্ তৌবা তায়। চত্থরক্লিবা থবক্ অদু নিয়ম্ চুন্না পাংথোক্লিব্রা নত্রগা লান্না চৎখিদোরিব্রা হায়বসি কুপ্না য়েংশিন্দ্রবদি করিগুম্বা থবক্ অমত্তসু মাইপাক্না পাংথোক্পা ঙমলোই।

এডল্ট এডুকেসন্ থৌরাং অসিসু হায়রিবা সরকারনা য়াৎতুনা থন্নীবা থৌরাংশিংগী মনুংদা অমনি। মরম্ অসিনা মতাং চানা মতম্ মতম্গী ওইনা অশোই-শোইদা, অফা-ফত্ত শেম্দোক্ শেম্জিন্ তৌবা য়াম্না তঙাইফদে। অসুন্না য়েংথোক্-য়েংশিন তৌদুনা অশোইবা পুথোক্লগা অচুম্বা মাইকৈদা পুরক্লবা হোৎনবা অসিবু "এভালুএসন্" তৌবা কৌই। থৌরাং অসি অনৌবা ওইবনা মসিগী থবক্ পুগদোরিবা ফীল্ড ৱাকরশিংনা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া মাইয়োক্লবা তাবনি! অসিগুম্বা অৱান্-অহুই কয়াবু লায়না পুথোক্লবগী অমত্তা ঙাইরবা উপাইদি মোনিটোরিং অমসুং এভালুএ-সন্ তৌবা অসিনি। থবক্ অসি ওঝা ওইরিবা মীওই অদুতনা থবক্ অসি পাংথোক্কদবা নত্তে। সুপরভাইজর ওইরিবা মীওই-শিংগীসু থৌদাং চাওনা লৈ।

এভালুএসন্ তৌবদা খুদোংচানবগীদমক্ ওঝা ওইরিবা ওইরিবশিং অদুনা লার্নরশিংগী কারকপা অমসুং কারক্তবা অদু মুংতিগী চাং-নাইনা ইশিন্দুনা থম্‌গদবনি। অসুম্ তৌবা অসিনা লার্নর অদুগী অরাবা খুদোংথিবা অদু লায়না খঙ্‌দোক্‌পা ঙম্‌গনি। কনাগুম্বা লার্নর অমনা মরক্ত মরক্তা নত্রগা মতম্ শাংনা কারক্তবা য়াওরক্‌লবদি মঙোন্দা খুদোংথিবা খরা লৈরে খনুগদবনি। মতাং অসিদা মীওই অদুগী মমুমদা চৎতুনা কারক্তবগী মরম্ খঙ্‌দোক্লবা হোৎনগদবনি। অসুম্ তৌরবদসু মহাক্কী পুক্নিংগী অনীংবা অদু খঙ্‌বা ঙম্‌দ্রবদি মীয়াম্ পুম্না থম-নৈনবা মীফম্ অমা পাংথোক্লবা শিন্‌গদবনি। মতাং অসিদদি মখোয়গী অনীংবা অপাম্বা কয়া অদু খঙ্‌দোক্‌পদা লায়না থোক্লগনি। লোয়ননা মখা ?বা থবক্ চৎথবদা অপন্‌বা থোক্লরোই।

থৌদোক্ অসি য়াৎতুনা থম্লীবা কায়াৎ অদুগী মনুং চম্না চাং নাইনা হায়বদি চয়োন্‌গী নত্রগা থাগী ওইনা পাঙ্‌থোক্‌পনা হেন্না খুদোং চাগনি। মসিদা সুপরভাইজর ওইরিবশিংগীসু মতেং লৌগদবনি। থৌবাং অসিবু মগুন্ হাপ্পা, মখোয়বু হৈনিংহন্‌বা পোক্‌হন্‌বা অমসুং মশানা মশাবু মতেং পীজবা ঙম্‌হন্‌বা হায়বসি ওঝা অদুনা চৎথরিবা থবক্ থৌরম্ অদুগীসু মখা যাম্না পোনগনি। ওঝা অদুনা নিয়ম্ চুম্না চাংনাইনা লার্নবশিংনা নোংমা নোংমাগী থেংনরিবা খূদোংথিবশিং অদু ইশিন্দুনা থম্নবগীদমক্ তোঙান্‌বা মশাগী ডাইরি অমসু শেমদুনা থম্‌গদবনি। অসুম্না থৌদোক্ রাথোক্ কয়াবু ইশিন্দুনা থম্বসিনা 'এভালুএসন্'গী থৌরম্‌দা য়াম্না মতেঙ্‌ পী।

NAEP বু মপুঙ ফানা মাইপাক্না পাঙ্‌থোক্‌পা হায়বসি ওঝা ওইরিবশিং অদুনা চৎথরিবা থবক্ অদুদা সুপরভাইজরশিংগী মতেং লৌরগা হাম্নমা অশোইবা কয়া চুমথোক্লবা হোৎনচৌগদবনি।

নত্রবদি লান রশিং অদুগী পুক্লিংদা ওঝা অতুবু হস্থনা থন্‌বগী ব্রাথল্ লাক্তুনা পাঙ থোক্কদৌবা থবক্ অদু মায়-পাক্তবা য়াই। মরম অসিনা লান রশিং অদুনা ওঝা অদুগা নক্কবা মরী লৈতবা য়াদবগুম্ সুপরভাইজররশিং অমসুং ওঝাশিং অদুগস নকশিন্নবা চৎমিন্নবা তাই। অসুম তৌরবতদা য়োগে তান্নীবা পান্দম্ অদু ফংবা ওমগনি। ওঝা ওইরিবা অদুনা মশাগী ডাইরি শেম্‌দুনা লান রশিংগী কারক্‌পা কারত্তবা য়েংশিনবতা নত্তনা মহাক্না সরকারগী সংস্থান অমদি লনাই মীওইশিংদগী পিরক্‌পা শেন্‌গী মতেংশিং অদু হীশাপ নীংথিনা শুজিন্দুনা থম্‌গদবনি। অসুন্না তৌবা অসিনা লানরশিংগী পুক্লিং চৌংশিন্নবগী মচাক্ অমসু ওই।

৬ কনাগুম্বা লানর অমবু লিটেরেট ওইরে নত্রগা ওইদ্রি হায়বা য়েংগে হায়রবদি মখাগী নামুনা অসি শীজিন্নদুনা য়েংগদবনি। থৌওং মসি সেণ্টর অদুনা থা ১০ গী নত্রগা পুং ৩৫০ গী মতম্ অসি মপুংফানা পাঙ থোকুশ্রবা মতুংদা য়েংগদবনি।

**ইবাগী থাক্ :**

(১) টেক্স বুক্তা য়াওবা ব্রাহে পরেংশিং অদুদগী য়াম্নদ্রবদা ৩০ মিনিট অমাদা ব্রাহে তুরামঙা শিন্‌বা ওম্‌গদবনি।

(২) লাইব্রেরিকু য়েংদনা হায়রগা ইহন্‌বদনা য়ামদ্রবদা মিনিট অমদা ব্রাহে তুরা ইবা ওমগদবনি।

(৩) ইবা মতম্‌দা লন্‌বা অমসুং কুণ্ডবগী নিয়ম্ ঙাক্না চৎপা হায়বস্থ য়েংগদবনি।

(৪) নোংঝা নোংঝাগী শীজিন্নথিবা শেন্‌ফম্‌গী অরাকপা অমসুং চংশিনা হিশাপ শুরা ওমগদবনি।

(৫) দয়খাস অমসুং চীঠি মচা মচা ইবা; চ্যোক্‌য়না অমসুং কৈ মৈম্‌নচিংবা মৈম্‌শিনবা ঙম্‌গদবনি।

**পাবগী-থাক্‌ :**

(১) পঙ্‌ য়েনগী (কোমা, সিমিকোলোন্‌ অমসুং চৈথেনচিংবা শিজিন্নবগী) নিয়ম্‌ ঙাক্লা লাওনা পাবা ঙমগদবনি। পাবগদৌবিবা হিবম্‌ অদ্‌ লানর অদ্‌গী খুদোংথিবা সমাস্তা কয়াগা মরি লৈনবসু ওইগদবনি।

(২) ★Neo-Literate শিংগী লাইরিক্‌ অঙ্ক বানান্‌ তৌদনা হৌনা অমদি তুমিন্না পাবা ঙম্‌গদবনি। মসি মিনিট অমদা বাহৈ নিফু পাবা ঙম্‌গদবনি।

(৩) Neo-Literate শিংগীদমক্‌ ইবা পাউচে, পোষ্টর, লম্বেল তাক্‌পা অয়েক্‌পা খুদম্‌ অমসুং অরাই-অরাইবা পাউতাক্‌শিং ভাব তানা পাবা ঙম্‌গদবনি।

(৪) ১ দগী ১০০৮ ফাওবা ইবা অঙ্কগী ময়েক্‌ অদু ওল্লোক্‌-ওন্নশিন্‌ তৌদুনা পাবা ঙম্‌গদবনি।

**অঙ্কগী থাক্‌ :**

(১) কা অহুম্না শাবা তিন্‌শিন্‌বা, থাইদোক্‌পা অমসুং য়েন্নবা মচা মচা তৌবা ঙম্‌গদবনি।

(২) বেঙ্ক অমদি সোসাইটিশিংগী পাস-বুক্‌ শীজিন্নবা ঙম্‌বা অমসুং অপিক্‌ অপিক্‌পা শেন্দোয়-শেল্লেপ্‌ পুথোক্‌পা ঙমগদবনি।

(৩) নোংমা-নোংমাগী শীজিন্নরিবা অরুম্বা, অশাংবা ওন্নবা খুলাই শীজিন্নবা হৈগদবনি। লোয়ননা ইশাগী লম্‌ অদুগী পাক্‌-চাওবা ওল্লোক্‌পসু ঙম্‌গদবনি।

---

★ ইবা পাবা থরা থরাগী ঙমলবা মীওইশিংবু শঙৈ।

মথক্তা পনখ্রিবা থাক্ অসি য়োবা ঙনলবদি নুপা নল্লগা নুপি অতু ঐখোয়না লাইরিক হৈরে হায়না লৌবা য়ারে।

---

তরানিথোইশুবা পান্দুপ।

## ফোলো-অপ্-প্রোগ্রাম্।

## ( Follow-up-Programme )

এডল্ট এডুকেসন্ প্রোগ্রাম্গী পান্দম্দি শোত্থনা অমদি নম্থতুনা থম্বীরবা মীওইশিংবু মখোয়না হীংতুনা লৈরিবা ফীভম্শিং অমসুং শু-নোম্বগী মওং হোংদোক্হন্বা অসিনি। মতাং অসিদা চত্থখ্রিবা অমদি নৈনখ্রিবা হিরমশিং অতু কাওদনবা মশা মতোমতা হীংজবদা খুৎলোইনবগীদমক্ "ফোলো-অপ্-প্রোগ্রাম্" ( Follow-up-Programme ) অসি লৌখৎপা তায়।

থৌরাং অসিদা য়াওরিবা খঙখ্রবা হিরমশিং অতু কাওদনবা হোৎনবতা নত্তনা মখোয়বু হোংলক্লীবা খুন্নাই অসিগী ইচেন্গা চুশিন্ন-নবগীদমক্ মীয়াম্ পুম্না খন্ন-নৈনবা Discussion ) অমসুং অফ-ফত্ত পুথোক্নবা য়েৎনবা (Debate) নচিংবা পাঙ্থোক্নবা হোৎনগদবনি। অসুম্না পাঙ্থোক্লকলিবা থৌরম্ অসিদা প্রোগ্রাম্ অসিগী মচাক্ অহুম্ ; awareness, functional development অমসুং literacy অসিদা মরু ওইনা খন্নতুনা পাঙ্থোক্নদবনি। Follow-up-Programme হায়রগা ঐখোয়না লাইব্রেরি, অমদি মীয়াম্গী

লাইব্রেরিক্ পাফম্ লীংখৎপবু থঙ্নৈ। লীংখৎকদোরিবশিং অদু এডল্ট এডুকেসন্ সেন্টরনা কোল্লীবা মফম্ অদুগী মনুংদা ওইগদবনি। লোয়ননা নৈনহন্গদোরিবা অমসুং পাহন্গদোরিবা লাইব্রেরিকশিং অদুদি মখোয়না খুন্নাই অসিদা নুংঙাইনা শান্তি ওইনা হীংবদা চংবা মচাক্ কয়ামরুম্গা মরি লৈনবা ওইগদবনি।

লৈবাক্ অসিদা অমাদি খুন্নাই অ.সদা Community Development Programme হৌদোকখ্রবা মতুং ইংশোক্ ১৯৫২ অসিদ্বাইদগী মখল্ মখা অয়াম্বা Neo-literate শিংগী ওইনা পাবদা কান্নবা লাইব্রেরিক্ কয়া পুথোকখে। মতাং অসিদা শিক্ষা মান্ত্রলয় অমদি লৌউ-শিংখু মান্ত্রলয়না মনা-পিবা য়াবা লাইব্রেরিক্ কয়া পুথোকররুবগীদমক্ থৌরম্ কয়া য়াৎতুনা থমখ্রবনি। অতৈ সংস্থান্শিংদগা পীরল্লীবা লাইব্রেরিকাশিং অদু ওবা ওহরিবশিং অদুনা মফম অমদা হেক্তা পৈশিন্দুনা থম্লোইদবনি। মীয়ামদা য়েন্থোক্তুনা নত্রগা মফম্ চাবা অমা য়েংদুনা ময়েক্ চংলবা মীওইশিংবু চাংনাইনা পাবদা হৈনহন্বা মীওই অমা ওইনবা শীনবীগদবনি। মখোয়বু গনতন্ত্রগী পথাপ্ অমদি লৈবাক্ অসিগী সংবীধানবু নীংথিনা নৈনবা লাইব্রেরিক্ কয়া পুথোক্তুনা মখোয়বুসু ভাব তাহন্গদবনি। লোয়ননা হক্শেন্গী, চাঙ্গাক্কী, অমসুং য়াইফ-য়ুম্বাল্গী মরমদা ইবা লাইব্রেরিকাশিং কয়াবুসু নৈনহন্গদবনি। হায়রিবা লাইব্রেরিকশিং অদু মখোয়না পাবদা লাইনা থোক্কদবা নোংমানোংমাগী থেংনরিবা লোন্দা ইবা ওইগদবনি। চয়োন্গী ওইনা নত্রগা থা-থাগী ওইনা কোইনা চৎতুনা লাইব্রেরিক পাহন্বগী থৌরাং অমসু শিন্বীগদবনি মসিনা মখোয়গী হৈনিংদবা অমদি পানিংদবা কয়া মাগুখিদুনা মখোয়বু রীডিং সোসাইটিদা চংহনলকপদা লাইনা

থোক্কনি ইমুং-মনুঙগী ফিভম্না নাতৈ-চাদদনা লাইরিক তম্বা তোকখিবা অদুগা অমুক হন্না তম্লীংবগী, মাখলদি হন্দ্রিবা মীওইশিংগীনা "Condense Course" নচিংবা সেন্ট্রেল সোসিয়েল ৱেলফেয়ার এডভাইজরী বোর্ডনচিংবদগী শেনগী মতেং লৌদুনা লিংখৎনবা শীনবীগদবনি। মরক মরক্তসু মখোয় মথেয়গী মশাগী লোন্দা ৱারেং মচা মচা, চৌঠি অমদি দরখাসনচিংবা ইহনগদবনি। মসিগী দমক্তসু মখোয়বু থৌগৎপিবগী মওং ওইনা মনা মথুম্ কয়া পীনবা শীনবীগদবনি।

ময়েক চৎলবা থৱাই য়াওবা মীওইশিংগী দমক মথাগী থৌরাং ক্ষয় লৌখৎপীবা য়াই।

(১) মখোয় মখোয়গী, শুক্ত-নোমজরিবা শিনফম্ অদু চাউথংনবগী দমক লৌউ-শিংউগী, অপীক-অপীকপা উদ্যোক্কী অমদি অতৈ অতোপ্পা হিরমশিংদা অতেনবা মতমগী ওইবা ট্রেনিং মচা মচা পিথোকবা শীনবীগদবনি।

(২) লম্ লমগী ওইবা থেঙনরিবা খুদোংচাদবশিং অদু কোক্লবগী দমক Social Service Oriented Action Programme নচিংবা পাঙথোকবা শীনবগদবনি।

(৩) অপাঙবা অহে অমদি অতৈ মক্কি লৈনবা সংস্থানশিংগী মীওইশিং কোক্লুনা মরক মতমগী থোকলক্লীবা খুদোংথিবশিংদু কোক্লমবা মরক মরক্কী ওইনা সেন্টরদা লাকহন্দুনা ৱারী-ৱাতাই শারবগী থৌরমনচিংবা শীনবীগদবনি।

(৪) অতৈ অপাঙবা লম্শিংদা অমদি ইতিহাসকী ওইবা মফম্শিংদা পুল্লুনা মরক মতুগী ৱা-ঙংশিং অমদি খাঙলোমচিংবশিং থঙ্নরুবা মরক মরক্কী ওইনা শীনবীগদবনি।

(৫) শেন্‌জা থুম্‌জাগী চং মথী, শাগৈ-নাতৈগী অমসুং এগী মীগী ওইবা বাখলশিং শাওহুম্বগীদমক্‌ মসিবু য়েংশিম্‌-খোংচিন্‌ তৌনবা কাওনুপ মচা মচা ভিজিলেন্স বীভাকী মতেঙ্গা লোয়ননা শেম্বীগদবনি।

মথক্তা পন্‌খ্রিবা থৌরমশিং অসি সেন্টর অতুনা থা ১০ গী মতম্‌ অসি হেক্‌ লোইশিন্‌খিবগা লোয়ননা থবক্‌ ওইনা ওন্থোক্লবা থৌদারোইশিংনা শুঝা ওইরিবা মীওই অতুগা তাননুনা শিনবীগদনি। মহৈ তম্বদি মতম খবদগী নত্তে পুন্সি চুপ্পগীনি। মরম অসিদগীনি "Education is a life long process" হায়রিবনি।

তরাহুমদোইশুবা পন্দুপ।

# অন্তর্জাতিগী লাইরিক্‌ ময়েক্‌ চংহনবা নুমিৎ সেপ্টেম্বর—৮

"লাইরিক্‌ হৈতবা মীং তাওবগা পাঙ্খক্লী।
জাতিগী মিংচং থীহনবা লাইরিক্‌ হৈতবনি।
লাইরিক্‌ হৈতবনা মন্নবা লৈবাক্তা চাউথং থৌরাং
অক্ষ হুনবা ঙম্‌দে, চথরক্‌ পাথবক খুদিং অপনবা ওইরে।

মীওইবা সমাজদা জাতি খুদিংমক্তা মায়থোক্লরিবা অচৌবা সমাস্যাদি ইবা-পাবা ঙমদনা লৈবা অসিনি। অসিগুম্বা চাউরবা সমাস্যা অসি কোকহুম্বগীদমক্‌ মীপুম্‌ তীংনা লাইরিক্‌ হৈহন্বা

তায়। মীয়ামবু মখল্ খুদিংগী জ্ঞান লৈহনগদবনি হায়বসি পৃথিবীগী চাওরা চাওরবা লৈবাক্ কয়ামক্তম্ পুনশিন্দুনা মীফম্ কয়া ফম্থ্রবনি। ইংশোক ১৯৬১ গী ডিসেম্বর থাদা ফম্খিবা ইউনাইটেদ নেসন্গী জেনেরেল্ এসেম্বলী মীফম্গী ফল্ ওইনা মহৈগী লমদা শোত্থহৌরবা লৈবাক্শিং হায়বদি এশিয়া মহাদেশ, আফ্রিকা অমসুং লেটিন আমেরিকাগুম্বা লৈবাক্ ৮৫ রোম অসিদা লৈরীবা মীওই মিলিয়ন্ ১,০০০ মুক্তা ইবা-পাবা ওম্নদবগী অরাবা অসিগী মায়য়োক্তা পৃথিবী শীনথুংনা অচোবা মীয়ামগী ইহৌ অমা হৌরকাথ। মসিগী মতুংদা অমুক ইংশোক্ ১৯৬২ গী সেপ্টেম্বর থাদা রোম সহরদা লাইরিক হৈতবা মুথৎনগী থৌরাংগা মরি লৈননা ফম্খিবা অহানবা মীটিন্ অতুগী মথা চত্থরক্পা ওইনা ইংশোক্ ১৯৬৫, সেপ্টেম্বরগী তাং৮ দগী ১৯ ফাওবা টেহরান্দা ফম্খিবা শিক্ষা মন্ত্রীশিংগী ১৪শুবা ইয়ুনেসকোগী সাধরন্ মীফম্গী মতুং ইন্না চহি খুদিংগী সেপ্টেম্বর ৮ অসি "অন্তর্জাতিগী লাইরিক ময়েক্ চৎহন্‌বা নুমিৎ" ( International Literacy Day ) হায়না পালন্ তৌগদবনি হায়না রারেপ লৌখি। মসিগী মতুংইন্না ইয়ুনেসকোগী মেম্বর ষ্টেট পুম্নমক্না পালন্ তৌনরিবসিনি।

পৃথিবী শীন্থুংনা নুমিৎ অসিবু পালন্ তৌরিবগী পান্দম্দি ইবা-পাবা ওম্দনা শোত্থনা লৈহৌরবা জাতি খুদিংমক্না অরাবা কয়াশিং অসি কোকহন্নবা অন্তর্জাতিগী প্রজাশিংদা অমুক নোংহৌনা নীংশিংহন্দুনা "লাইরিক হৈতবা" হায়বসি জাতিগী অমসুং লৈবাক্কী মিংচৎ থীহন্‌বতা নত্তনা লৈবাক্কী চাউথৎ খোঙথাংদা অপন্‌বা ওইরে হায়বসি মীপুম খুদিংমক্তা ময়েক্ শেঙ্না খঙহন্‌বনি।

**নুমিৎ অসিগী মরুওইবা পান্দমদি :**

(১) মীয়াম্না য়োগে তাল্লিবা মীপুম্ তীংনা, লাইর-অনং থাক্তনা লাইরিক হৈহন্গদবনি হায়বা পন্থুং অসিগী পাওজেল্ য়াওবা চেফোং পুথোক্পা ;

(২) ইবা-পাবা ওমদ্রবা মীওইশিংনা হৌজিক্ হৌজিক্মক থেংনরিবা অৱাবা খুদোংথিবশিং অসি কোক্লনবগীদমক্ রেডিওদা, দুরদর্শন্ ( টিঃ ভিঃ ) দা থৌরম্ অমা ওইনা হাপচিন্দুনা পাক্-শন্না :শ'ন্দোক্পা ;

(৩) ঙসিগী খুন্নাই অসিদা থেংনরিবা লাইরিক হৈতবগী অমদি অতোন্বা জাতিশিংবু ওং পি-নৈবীবগী অৱাবশিং অসি মীয়াম্গী মীতিন্দা, সেমিনার কয়াদা, ডিবেট্ অমদি সিম্পোজিয়ম্দা পুথোক্তুনা নৈনহন্বা ;

(৪) ইবা-পাবা হৈতবা মীওইশিংনা সমাজসিদা হীংদুনা লৈরিবসিগী অৱাবাশিং অসি ময়েক্ শেংনা খঙ্হন্নবগীদমক্ সিনেমা, ড্রামা অমদি শুমাংলিলানচিংবদা উৎথোক্তুনা খঙ্হন্বা অসিনি।

নুমিৎ অসিবু পালন্ তৌবনা জাতি খুদিংমক্না য়োগে তাল্লিবা পান্দম্ অসিগীদমক্ মীয়াম্গী মত্ অমসুং ৱাখল্ শাগৎপদা অচৌবা পাম্বৈ অমা ওইরিবনি। খুদোংচাবা কয়াশিং অসি লৌদুনা মেম্বর স্টেটশিং অমদি অতৈ লনাই সংস্থান্শিংনা খুঙ্গং অমদি সহরদা লৈরিবা লাইরিক হৈতবগী লায়না অসি কোক্হন্নবগীদমক্ মীয়াম্গী ওইবা থৌরম্শিংদা শরুক্ য়াহন্নবগীদমক্ অরেপ্পা লৈতনা হোৎনরক্নি। ইংশোক্ ১৯৬৫ গী সেপ্টেম্বর থাগী মীফম্ অদুগী

ৱারেপকী মতুংইন্না ইংশোক্ ১৯৬৭ কী সেপ্টেম্বরগী তাং ৭ তাঁ লাইরিক্ হৈতবা মুখ্থৎনবা শেম্থিবা 'ইন্তরনেসনেল্ লায়সন্ কন্সল্‌টেটিত্ কম্মিটিনা" থৌরাং অসিগীদমক্ খোম্গৎলিবা ফন্দ অসিদা অওম্বা দান্ তৌরক্কবগীদমক্ মেম্বর ষ্টেট্ খুদিংদা অকন্বা আপিল্ তৌখ্রবনি। লোয়ননা পৃথিবীগী মহাদেশ্ খুদিংমক্কস্থু ফন্দ অসিদা মপুংফানা মতেংস্থ পীরক্খি।

ঐখোয়না খঙ্‌লে, ভারতনা নিংতম্লবা চহি কুন্‌হ্রামরি মপুং ফ'রবা ফাওবদা ইবা-পাবা হৈতবগী সমাস্যা অসি কোক্হন্বা ঙমদ্রি। পৃথিবীগী ওইনা লৈরিবা লাইরিক্ হৈতবা মীওই চাওরাক্লা মিলিয়ন্ ১০০ মুক্কী মনুংদা চাদা ৭০ খোমদি ইবা-পাবা অমদি অতৈ জ্ঞান্ ফংদনা লৈরি। নিংতম্বা ফংলদুনা নুংঙাই য়াইফবা পুরক্লবা হোৎনজরবস্থ মসিগীদমক্তা পাইখৎলকপা থৌরাংগা, ম'সিনা কান্নবা পীগদৌরিবা মীওইশিং অনি অসিগী মরক্তা চাওনা অহোবা অমদি অতুম্মক লৈরি। লৈরিবা অহোবা অসি মেন্‌শিন্নবগীদমক্ মীয়ামবু পাকশন্না থৌরাং অসিগী কান্নবা খঙহনবগা লোয়ননা ৎবক্ পুরিবা মীওইশিংবু মৃতিকচাবা ট্রেনিং পীবা অসিনি। অতোপ্পা মরম অমনা; ব্রিটিশকী লোইলম্ শাসন্ তৌরিঙৈদা চৎনরম্বা শিক্ষা পাথাপ্ হৌজিক্ ফাওবা চোংদোক্পা ঙমদ্রিবসিনি। লাইরিক হৈরবা ফাওবদা শেন্দান লম্বেল্ ফংদনা শিক্ষা পাথাপ অসি অতুম্মক্ লৈথিবা তারবদি কৈদৌঙৈদস্থ ভারতনা চাওখৎ লম্জেন্ তান্নবা ঙম্লোই হায়বসি মীয়াম্না খঙনরবা ৱাফম্নি। মরম অতুনা ঐখোয়না শিক্ষা পাথাপ শেম্দোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা লৈবাক্কী ওইনা পেংনরিবা; লাইরিক হৈতবা অমস্থং থবক্ ফংদবগী চাউরবা সমাস্যা অসি কোক্হন্নবা হোৎনবা দরকার ওই।

# মৈনবা

ইবা-পাবা হৈহৌদবদগী মাইয়োক্নবিবা সমাস্থাশিং কোক্হন্ন-খগীদমক্ গর্ভনমেন্ট সংস্থানশিংনা নীংতম্ব ফংলবা মতুংদগী থবক্ কয়া পাইখংখি। মসিগী চংফম থোক্পা শেন্ফম্ কয়া অমম্বুং থাদখ্রবনি। অদুবু থৌরাং অসি কয়া য়াম্না মায় পাক্লবগে, অদুগা য়োগে তাল্লিবা পান্দম্ হায়বদি লাইরিক হৈহৌদ্রবা মীওই মিলিয়ন্ ১০০ বু চহি ৫ গী মনুংদা লাইরিক হৈহন্গদৌরিবা অসিবু ঙমগ-দৌরিব্রা হায়বসিনি। সবকারনা য়াৎতুনা থম্লীবা চহিগী পন্থৈদি ইংশোক ১৯৮৩-৮৪ ফাওবদনি। ইংশোক ১৯৮১ গী মীকোক্ থিবগী মতুং ইন্না ভাবতকী লাইরিক্ হৈবা মীশিং অসি চাদা ৩৬.১৭ দমক্নি। অদুনদি চহি অহুম মথাই হৌজিন্খ্রবা ফাওবদা তাল্লিবা পান্দম্ অসিগী তঙ্খায় ফাওবা যৌব' ঙমদ্রিবা অসিনদি থৌবাং অসি পাংথোকপদা অশোয়বা কয়া লৈরে হায়বসি ময়েক শেংনা অদুন্মক্ তাকচরবনি। সবকারনা অম্বুক কন্না হোৎনবিবা ফাওবদা মায়পাক্ল চঙশিন্বা ঙমদ্রিবা করিগানো হায়বা খঙ্দোকনবা হোৎনহৌদ্রবদি জাতিগী থাক্তা পায়খৎলক্লিবা। ইবা-পাবা হৈহৌদবগী সমাস্থা কয়ামরুমশিং অসি কোকহন্নবা, থৌরাং অসিনা মীয়ামগী ঙৈহৌ অমা শেমগৎলক্পা ঙম্লোই।

থৌরাং অসি মাইপাক্লবা চঙশিন্বা ঙম্দ্রীবা অসিগী মরম কয়া লৈতবদি নত্তে।

**অহানবা :**

থৌরাং অসি পায়খৎত্রিঙৈদা সেণ্টর হাংগদোরিবা মফমশিং অদুদা চত্তুনা মীতিন তৌদুনা পাঙ্থোক্লকদোরিবা থৌরাং অসিগী পান্দম্ অদু মীয়াম্দা পাকৃশন্না খঙহন্নবা হোৎনবীদবা।

**অনিশুবা :**

লম্ লমৃগী ওইবা লাইব্রিক হৈবা হৈতবা খঙ্দোকৃনবগীদমক থবক্ হৌদ্রিঙৈদা সরন্দে (Survey) তৌদুনা লাইব্রিক হৈবা হৈতবা মশীং খঙ্দোকৃবা হোৎনবীদবা।

**অহুমশুবা :**

মরক মরক্তা অখঙ অহৈ কয়াগী অমদি মীয়ামগী মত্ লৌনবগীদমক সেমিনার, কনফরেন্স অমদি ব্বার্কশোপনচিংবা তৌয়না তৌনবা শীনবীদবা।

**মরিশুবা :**

থবক্ অসি পাংথোকপদা দবকার ওইরিবা মীওইশিংবু মতিক চাবা ট্রেনিং পীদুনা মখোয়বু হান্ননা মপুংফাবা মীওই অমা ওইনবা হোৎনবীদবা।

**মঙাশুবা :**

লৈবাক্কী য়াইফ-থৌরাং কন্নাদা শরুক্ য়ারুনবগীদমক্ মীয়াম্ প্রজাগী মীহুৎশিন্দুনা থাগৎখিবা রাজনীতিবালাশিং অমদি অতৈ অতোপ্পা Agency শিংনা থৌরাং অসি লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংদা য়াম্না মরুওইবা হীরম অমনি হায়না সরকারদা তকৃশিনবীদবা।

**তরুকশুবা :**

ভারত সরকারনা কাইথোক্রক্লিবা শেন্ফম্ অসিগী মথক্তা রাজ্য সরকারনা অহেন্বা শেন্ফম্ কয়ামুক্ হাপচিন্দুনা কোন্নদ্রিবা কয়া কোক্পা ওন্ননবা হোৎনবিদবা।

**তরেংশুবা :**

সরকারগী মরি লৈনবা লোয়শংশিং অসি য়াম্না চেক্শিনবা মরি থম্নবগীদমক্ অমদি থবক্ ওইনা পাংথোক্পদা অপন্বা থোক্কনবগীদমক অরাংবা থাক্কী ওফিসারশিংগী 'State Level Committee' শেমদবা। লোয়ননা Publicity বিভাগতা অমদি ওল ইন্দিয়া রেডিওদা অথম্বা থৌরম্ অমা হাপচিন্দুনা মীয়ামবু হেন্না পুক্নিং চৌংশিন্নবা হোৎনহন্দবা।

**নিপালশুবা :**

থৌরাং অসি পাংথোক্পদা চংবা Audio-visual-aid শিং মতিকচানা পীনবা শেমশ্যাবিদবগা লোয়ননা Aid শিং অমদি মরী লৈনবা লাইরিকশিং পুথোক্লকনবা State Resource Centre নচিংবা লীথৎপীদবা।

**মাপলশুবা :**

থা তরা তরাগী ওইবা মতম্ অসি লোইথ্রবা মতুংদা চংথখ্রিবা থবকশিং অদু অচুম্-চুমদা পূথোক্লবগীদমক্ এভালুএসন্ অমদি ফোলো-অপ্-প্রোগ্রাম্নচিংবা মতম চানা পাংথোক্হন্দা।

**তরাশুবা :**

থৌরাং অসি পাংথোক্পদা মরুওইবা থৌদাং লৌগদৌরিবা মীওইশিং খনবদা থরাই য়াওবা অমদি হৈরম্ অসি জ্ঞান লৈরবা মীশক্ খন্দবা অসিনি।

অস্তুন্না মথক্তা পন্খ্রিবা মরম কয়ামরুমশিং অসি হান্না চুমথোক্লবা হোৎনহৌদ্রবদি সরকারনা য়োগে নীংলিবা পম্বুং অদু য়োবা ভুমদনা শেরান্নবা মাইকৈ অমারোমদা চংখিবা ঙমরনি!

লোইরবা



## লাইরিক অসি কোংনবা হোংনবদা মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং ঃ

| মমিং | অকোংবা |
|---|---|
| * Monitoring the NAEP | Directorate of Adult Education, Ministry of Edn & Social Welfare. |
| * Adult Education and Community Education | Indian A. E. Assn. |
| * 50 years of Adult Education in Indian | Directorate of Adult Education, Ministry of Education & Social Welfare |
| * Guide for Evalution ( FFLP ) | —do— |
| * Adult Education and National Development ( Concepts and Practices in India ) | —do— |
| * Handbook for Adult Education Instructors | Indian Adult Education Association |
| * Training of Adult Education Functionaries ( Supervisors ) | Directorate of Adult Education, Ministry of Education & Social Welfare |
| * Training of Adult Education Functionaries ( Instructors ) | —do— |
| * Schools and Adult Education | Indian Adult Education Association |
| * Development work Among Rural women | —do— |
| * National Adult Education Programme ( An outline ) | Ministry of Education & Social Welfare Govt. of India. New Delhi |
| * Yojana vol XXII/18 ( Adult Education ) 1st October 1978 | Published on behalf of the Planning Commission. |
| * Some Journels | Indian Adult Education Association |
| * Some pumplets | Medical Directorate, Govt of Manipur |

"Illiteracy and poverty are everybody's burden,
let's work together to remove this burden"

National Adult Education Programme
(NAEP)

ফংফম :— এম: এস: বুক হাউস
খাকৈথেল বাজার,
টিডিম রোড ইম্ফাল।